॥ ওঁ নমঃ ॥

# মঙ্গল


গ্রন্থকার

শ্রীকবিকর্ণপুরশাস্ত্রী মুখোপাধ্যায়,

ভূতপূর্ব্ব গোবিন্দ-চতুষ্পাঠী-অধ্যাপক।



সংশোধক

পণ্ডিত শ্রীযুক্ত শিবদত্তশর্ম্মা তর্কতর্কতীর্থ, ন্যায়পঞ্চানন,

ভূতপূর্ব্ব প্রধানাধ্যাপক গোবিন্দচতুষ্পাঠী।



প্রকাশক

শ্রীবিহারিলাল শর্ম্মা মুখোপাধ্যায়।

প্রথম সংস্করণ।

১৯৪৭

শ্রীশ্রীগোপীনাথজী সেবাজী

সাহায্য ১॥০ ডলি।

# নিবেদন।

শ্রীশ্রীরাধাগোপীনাথজীউনা ঐগী ইষ্টদেবনি। মীওইবনা তৌরিবা থবক পুম্নমক বুদ্ধিনা সারথী ওইদুনা চাংহইবনি, মহাক্না ঐগী বুদ্ধিগী নিয়ন্তানি; ঐগী জীবনদা চুজিক ফাওবদা প্রবন্ধ অমত্তং গ্রন্থ অমত্তং সংবাদ অমত্তং ইজখিবা লৈত্রি। করম্সু হৈজদে, ইগে হাইবা আশাসু তৌজরদে, অদুদা চন্দক "মঙ্গল" হাইবা লাইরিক মচা অসি সংগ্রহ তেংদুনা ইথি; মসি মহাক্কী প্রেরণা অমা নত্তনা ওইফম থোক্তে হাইনা পুক্নিংদা থাজে। থংদে, পিক্রবা লাইরিক মচা অসিনা কনাগী করি কান্নগদবা! চুজিক্কী মতম অসিদা অসিগুম্বা লাইরিক্কী উপযোগিতা লৈরিবরা লৈতবরা, হাইবত্ত ঐ ইশানা খংবা ঙমজদে। পাঠকশিংনা পাবিরগা নিজ নিজগী বাখলনা লেপ্পিগদবা মত্তাই। পিকখ্রবা লাইরিকনি মতম থোইনা চংগদবস্তু লৈতে, অয়ুক্নুক্তদি লোইনা মকোক মমৈ চিংশনা পাবিবা, প্রার্থনা তৌজৈ। লাইরিক মচা অসি মাতৃভাষাগা মীবম ওইরগা শাস্ত্রগী বচননা সিদ্ধান্ত ওইজৈ। পাঠকশিংনা চিংনবা য়াই, মত্তুদি "মাতৃভাষাদা হাইরগা সংস্কৃত শব্দ য়াম্না য়াওই, শব্দশিং অসিদি মাতৃভাষাগা ইবা য়াদ্রবরা" অদুমনা শঙ্কা তৌবিবা য়াই। মরম অসিদা নিংশিংজনিংবদি রাকৈ থর কোইরবসু পাকথোক্রবসু মাতৃভাষাগা উৎপা য়াদবদি নত্তে, অদুদা ঐখোইগী চুনখিবা অমসুং নহা অহল নাইদনা মাতৃভাষা ওইনা চৎনখিবা শব্দ—বুদ্ধি, জ্ঞান, সেবা. ব্যবহার, যাত্রা কর্ম্ম, বিদ্যালয়, স্কুল, আফিস, ক্লাশ অসিনচিংবা শব্দশিং অসি খাঙ্গৈশেংনা মাতৃভাষাগা হাইবসু য়াই। অদুবু অসি ওইনা সুমক থংনখ্রদুনা শব্দশিং অসি হাইরগা পোৎশক অদু পুক্তা তিং তিং পাম্লি। খাঙ্গৈশেংনা মাতৃভাষাগা হাইরগদি অদুমনা পান্দে, মতৌ অসুমনা অয়াম্বা বিষয়দা, খংনখিবগী মতুংইন্না সংস্কৃতসু, ইংরাজীসু, হিন্দিসু, বাঙ্গলাসু মীরোণ পুমনমক্তা য়ান্দুনা চৎনরি। য়াবমথৈ ইমালোম্না ইজনিংই, মফম কয়ামুক্তা সংস্কৃতনাচিংবা য়ালম্বগী দোষ মাফ তৌবিয়ু।

লাইরিক মচা অসি ইরুদা মাননীয় পণ্ডিত শ্রীযুক্ত শিবচন্দ্রশর্ম্মতর্কতর্কতীর্থ ন্যায়পঞ্চানন মহোদয়না উপদেশ কয়া পিবিখি, ইবা লোইরবা তুংদা লোইনা পানিরুব সংশোধন তৌবি, উক্ত বাঙালী পণ্ডিত মহাশয়গী অসিগুম্বা দয়া অসিবু এইনা মতম কুইনা থাগুদবা ঈশ্বরদা নিংই।

বিশেষ বক্তব্য অমদি লাইরিক অসি ইবদা গ্রন্থকার অমা ওইবগী লৈবা হৌনবা খাথন, অসি তৌগে অদুম তৌগে হাইবা সঙ্কল্প থোইনদু লৈরম্মে, মতিক চাবা পণ্ডিত অমত্তু নৈতে। মশুনা চৎশিনবা উগী বুদ্ধিগুম্বা, থংদে, করি অভিপ্রায়দগী সর্ব্বনিয়ন্তা শ্রীভগবানগী প্রেরণা তৌরনা লাইরিক মচা অসি ইহনবিরিবনে? মরম অসিনা লাইরিক অসিগী এইগী নাইরম্মু নত্তুব লৈকদে। করিগুম্বা লাইরিক অসিদা কনাগুম্বা অমগী থিংবা কায়রে হাইনা নিংবিরবদি শ্রীভগবানদা ধন্যবাদ তৌবিয়ু, অমসুং অমোইবু শ্রীভগবানগী শরণ অনবধান ওইবা এইগী দোষনি এইভোন্দা তাকপিয়ু, মথুংগী সংস্করণদা চুমথোকচগনি।

মখোমদা হায়জগনবা অমদি লাইরিক অসি ইবা লোইরবা তুংদা মতম কয়ামুক পাণ্ডুলিপি ওইনা লৈরবদা ছাপা তৌগে হাইনদি নিংগা সাহস লৈজদবদগী ওংদতুনা লৈরবদা এইগী কাংস্থ মহোদয় শ্রীমান্‌ বিহারিলালশর্ম্মাণা মুদ্রণ তৌদুনা প্রকাশ তৌগনি হাইনা অঙ্গীকার তৌখি। মাগিগী মমক মহাকপু ধন্যবাদ তৌরি, ঈশ্বরনা মহাক্কী মঙ্গল তৌবিসনু। ইতি—

গোপালদেব মন্দির
শগোলবন্দ
ইম্ফাল মণিপুর।
শকাব্দ ১৮৩৩

অতিদীন—
শ্রীকবিকর্ণপুরশর্ম্মা।

# প্রকাশককী নিবেদন—

মঙ্গল হাইবা লাইরিক অসি ঐগী ইয়াম্বা গ্রন্থকারনা ইবা হৌগৎকলপদগী মতেক মতেক ওইনা অরোইবা পাণ্ডুলিপিশিং অদু ঐনা অস্থুম পাক্লে। ঐদি শাস্ত্রগা মরমন্থ থোইনা খংজদে, পুস্তিংদা অপেনবা মুংঙাইবদি পাকুবা মতাং খুদিংদা ওই। অদুদগী লাইরিকনা সম্পূর্ণ ওইরবা মতমদা মথংশিংনা লোইনা পাজবদা মতাং খুদিংগী শাস্ত্রগী প্রমাণনা সিদ্ধান্ত ওইবা অমস্থং পণ্ডিতশিংগী অনুমোদন থরম্থ পিবিরকপা উজবদা, ঐগী পুস্তিংদা লাইরিক অসি অফবা অমা ওইগদরা হাইনা নিংলে। ছাপা নমদুনা প্রকাশ তৌজরবদি, পাঠকবন্ধু বান্ধবশিংনা ঐনা মুংঙাইবগুম মুংঙাইবিগদরা নিংজদুনা যথাশক্তি হোংনজদুনা প্রকাশ তৌজে। দেশগী সহৃদয় গণ্যমাণ্য বন্ধুবান্ধব পুম্নমক্না অমুমুক্ত দিৎয়েং তাবিরবদি তোম্রবা ঐগী শ্রম সফল ওইজগনি। ইতি

Imphal
Sagolband.
The 30th July, 1947.

বিনীত—
শ্রীবিহারিশর্ম্মা মুখোপাধ্যায়।

# বিষয়-সূচি



---

## শুদ্ধিপত্র।

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২ | ৭ | বেদবিরুদ্ধ | বেদদর্শী |
| ২ | ৮ | ঐ॰ান্তিগী | ঐকান্তিকী |
| ৬ | ২ | স্মৃ তি | স্মৃতি |
| ৮ | ২৫ | আত্মাবস্তু | আত্মবস্তু |
| ১১ | ১ | গার্হস্থ্য অমসুং | গার্হস্থ্য বানপ্রস্থ অমসুং |
| ১৭ | ৯ | বর্য্য | বীর্য্য |
| ৪১ | ১ | পুরুষত্তম | পুরুষোত্তম |
| ৪২ | ২৩ | কল্পিতা | কল্পিতা |
| ৪২ | ৫ | অসি | জীব হাইবা অসি |
| ৪৩ | ১২ | ঘ॰ভূত | ঘনীভূত |
| ৫৬ | ১ | প্রদেশ | প্রাদেশ |
| ৫৯ | মমৈথংবা | প্রমাদে | প্রমাদেন |
| ৬০ | ৯ | বেশবদা | কেশবদা |
| ৬০ | ১২ | নৈর | নৈব |
| ৬২ | ১১ | সাধুনাং | সাধুনাং |

# সংশোধক পণ্ডিতকী বিজ্ঞপ্তি

* * লাইরিক অসি থোইদোক্লা সন্দোক্লবস্থ শ্রীগৌরাঙ্গমহাপ্রভুগী অনুগত গোস্বামীশিংগী সম্মত কাইদনা জীবগী স্বরূপ অসিনি হাইবা বিচারগা লোইননা নিংথিনা ইরি। লাইরিক অসিনা সাধক বৈষ্ণবশিংগী থরদস্থ সাধন ভজনদা তেং-বাংগনি থল্লবদা য়াম্না মুক্তাইবা পোকই। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা কলিদা হরিনাম নত্তনা অতোপ্পা গতি লৈতে হাইনা তাকপিরগা শ্রীসনাতনগোস্বামীগী মফমদা সম্বন্ধনির্ণয়ন-চিংবা জীবতত্ত্ব ঈশ্বরতত্ত্বস্থ তাকপিখি। মরম অসিনা ঐনা খনজে,—নামাশ্রয় তৌরিবা বৈষ্ণবশিংনা জীবগী অওইবা মশক অমদি ইষ্টদেবগী অওইবা মশক খংদবা য়াদে। খনাবু কনানা করিগী দমক ভক্তিপ্রিতি প্রয়োজন ওইবনো হাইবদু সাধক অতুনা খংজ্রবদি ওয়তেনবা মহৈ ওইগনি। অময়োমদা ঐখোইনা ঙসি ফাওবা জাতীয় সাহিত্যভাণ্ডারদা উত্রিবা আত্মা অনাত্মাগী বিচারমূলক ওইবা লাইরিককী অমাংপা মেনবদা "মঙ্গল" হাইবা লাইরিক অসিনা অহানবা ওইগনি নিংই। উক্ত শাস্ত্রী মহাশয়না গোস্বামীশিংগী অধ্যাত্মবিজ্ঞানশিংসি মাতৃভাষাদা ঙমবামখৈ শন্দোকপিচুনা জাতীয়গৌরব হেনগৎহনবিগনি নিংই। অমস্থং অসিগুমবা থবক অসি পাংথোকপদা পরমেশ্বরনা তেংবাংবিগনি প্রার্থনা তৌজরি। ইতি

বিনীত
শ্রীশিবদত্তশর্ম্মা।

## মঙ্গল কৌবা গ্রন্থ অসিগী মরোদা পণ্ডিতশিংগী অভিমত অমসুং অনুমোদন পত্র—



(১) পণ্ডিত শ্রীযুক্ত রাধামোহনশর্ম্মা তর্কতীর্থ ন্যায়রত্ন, তেরাকৈথেল—

লাইরিক মচা অসিদা ধর্ম্মগী মশক অমসুং কান্নবা অমদি ওন্নথদা ফত্তবা, জীবাত্মাগী মশক অমসুং দেহগা খেন্নবা, জীবগা ঈশ্বরগা থমগদবা মরি অমসুং চৎকদবা অথোইবা লম্বেল, ঈশ্বরগী নামশিংগী অলৌকিকতা অদুগা প্রতিমাগী গুণ অসিনচিংবা নিংখি-জনা শাস্ত্রপ্রমাণশিং খোমজিন্দুনা যুক্তি পিদুনা উৎলি। * *

লেখক পণ্ডিত শ্রীকবিকর্ণশাস্ত্রীবু প্রযত্ন অসিগী দমক থৈনা থাগচে। ইতি

(২) পণ্ডিত শ্রীযুক্ত কবিরাজ নবদ্বীপচন্দ্রশর্ম্মা আয়ুর্ব্বেদশাস্ত্রী, অধ্যক্ষ—আয়ুর্ব্বেদীয় পীতাম্বর ঔষধালয়, উরিপোকরোড।

"মঙ্গল" কৌবা গ্রন্থ মচাসি য়াম্না নিংথিনা পাজরে। অসিগুমবা ধর্ম্মমূলক ওইবা লাইরিক অপং অসিং থংবা য়াবা মৈতৈয়োন্দা লৈরমদবনা, ধর্ম্ম আলোচনাগী মরোদা থংনিংবা কোন্নাই লাইনা থংবা ওমদবদগী অচোইবা য়াথন্না ধূমহৎলিবশিংগী মরোদা অমদি থংনিংলিবাশিংগী মকমদসু য়াম্না উপকার ওইগনি হাইনা আশা তৌজে।

"মঙ্গল" কৌবা গ্রন্থ অসি শ্রীগোবিন্দজীউগী কৃপাদগী মতম কুইনা মণিপুরবাসীশিংগী সাহিত্যভাণ্ডারদা লৈবা ওইসনু। ইতি

(৩) পূজনীয় বৃদ্ধ পণ্ডিত শ্রীযুক্ত গৌরহরিশর্ম্মা বাচস্পতি, এলাংবম লৈকাই—

* * শ্রীরাধাগোবিন্দগী চরণ ফংনবগী উপায় ওইগনি খন্দুনা ঐগী পুক্নিংদা য়াম্না তৃপ্তি পোকলে। * অমসুং শ্রীরাধাগোবিন্দনা মহাকপু কৃপা তৌবিসনু। ইতি

(৪) পণ্ডিত শ্রীযুক্ত নিলমণিশর্ম্মা বিদ্যারত্ন, উরিপোক—

* শাস্ত্রীনা লেংবা "মঙ্গল" হাইবা গ্রন্থ অসি মণিপুরদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়-নচিংবা জাতি পুম্নমক্তা ওন্থোক্না বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎনবা লাইরিকনি। মাসিনা মতম অসিদা অকাইবা নত্তবা ধর্ম্ম পোকলকইবসি লাইরিক অসি নিংথিনা পারগা অজ্ঞান পুম্নমক কোক্কনি হাইবদা চিংনক্রম লৈতে। গ্রন্থ অসি মীওইবগী উপকারগী দমক পরিশ্রম তৌরিবা পণ্ডিত অসিবু ঐনা পুক্নিং মুংঙাইবগা লোইননা ধন্যবাদ তৌজরি। ইতি

(৫) পণ্ডিত শ্রীযুক্ত ফাল্গুনীশর্ম্মা, খুরাই রাথৈপুনৌ।

পণ্ডিত শ্রীযুক্ত কবিকর্ণপুরশাস্ত্রীনা সংগ্রহ তৌজবা "মঙ্গল" কৌবা গ্রন্থসি ঐনা পাজবদা, গ্রন্থ অসি চতুর্বর্ণগী অমসুং আশ্রম মরিগী বুদ্ধি ওইবা য়াবা মশকনি। মমিং মঙ্গল কৌবা মতিক চাই হাইনা নিংদুনা শাস্ত্রীবু ধন্যবাদ তৌজরি। ইতি

(৬) জৈ শ্রীগোবিন্দজী!

মাননীয়

শ্রীযুক্ত কবিকর্ণশর্ম্মাশাস্ত্রী, শুভস্থানেষু।

প্রিয় পণ্ডিতজী,

পিনরকপা "মঙ্গল" পাজরে। লায়না লুরবা লোয়া সাধারণ ওইবাসিংবু দর্শনদা প্রবেশ পিগদৌরে হায়বা উজরে। নিংথিবা পাণ্ডিত্যগী পরিচায়কনি। লাইরিক

অসিনা ধর্ম্মপ্রাণ ওইবসিংগী আনন্দবর্দ্ধন ওইবদা নত্তনা * অনৌবা মঙ্গল অমা পীগনি হাইনা আশা তৌজে। তশেংবা শান্তিপ্রিয় ওইবা মীপুম খুদিংনা মঙ্গলমক্কী মশক ওইরবা "মঙ্গল" অমযম পায়নবা ওইসনু। ইতি

ভবদীয়—

ইম্ফাল
৭ ডিসেম্বর ১৯৪৭ ইং

শ্রীমৌনকেতনসিংহ
খুরাই চৈরাপ পঙ্কায় মনিং,
ইম্ফাল।

(৭) পণ্ডিত শ্রীযুক্ত ললিতমাধবশর্ম্মা, খুরাই ব্রহ্মপুর ইম্ফাল।

* শাস্ত্রীনা ইবা লাইরিক মচা অসি ঐনা য়াম্না মুন্না পাত্রবসু কাবক অমুক্তং পাবদা, কনাগুমবনা সাম্প্রদায়িক ওইনা লৌবগু য়াই, ঐগী মততদি লাইরিক মচা অসি মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা পশুবৃত্তি (শাগী ওইবা লমচৎ) অদু লোকহন্দুনা আত্মাগী নিংথিনা বিকাশ ওইবা য়াবা লাইরিক অমনি।

পৃথিবী ইতিহাসনা সাক্ষী ওইরি, মহাপুরুষ কয়া কয়াগী নিংথিজরবা আত্মতত্ত্বগী পাওতাকনা মীওইবগী পশুবৃত্তি মাংহন্দুনা মনুষ্যত্বগী আত্মবিকাশ ওইহনখি। মাদু-গুম্না পরাধীন ভারতবাসীবু বিদেশী সত্তানা চহি ২০০ রোম নমথহুনা ভারতকী শিক্ষা দীক্ষা পুম্নমক মাংলবগু মহর্ষিশিংগী আত্মতত্ত্বগী উপদেশসিংনা ভারতবাসীগী থমোইদা চুহনা লৈথিবনা গুসি ফাওবদা ভারতকী অধ্যাত্মিকপু মরুক্কংনা মাংহনবা ঙমখিদে।

হৌজিক ভারতনা স্বাধীন ওইরবা মতম অসিদা হায়গী অরিবা স্বাধীনভারতকী কুইনা নমথরম্নবা প্রাচীন সভ্যতাগী নৌনা অমুক বিকাশ ওইরকপা মতম অসিদা মী ওইবা পুম্নমককী আত্মাগী মঙ্গল পীননবা লাইরিক মচা অমনি। লাইরিক মচা অসিমক মঙ্গল কৌবা মীংথোল অসি মতম অসিদা চানবা অমনি। ঐনা কাওবা ঙমদে, মাদুদি—মহাত্মা গান্ধিনা হাইখি—

"পৃথিবীগী চাওখৎলবা লোংচুপ মাইকৈনা লৈবা ভারতপদি বিজ্ঞানতত্ত্ব থাজদগা ঈশ্বরদা থাজবা মাৎলি মতুংনা, ভারতনা চহি ৭০০ মীখা পোন্নবদু ঈশ্বরদু থাজবনা ভবিষ্যত্তা ভারতভি য়ামনা চাওখৎলকখিগনি নিংই।"

হাইবিবা মহাপুরুষ অসিগী য়াথং অসিগী মতুংইন্না "মঙ্গল" কৌবা লাইরিক অসিনা ঈশ্বরবু থাজনবা মরমদশু য়ামনা নিংথিনা লমজিংগনি হাইনা উজে। মরম অসিনা লেখক মহাশয়বু ধন্যবাদ তৌজরি। লাইরিক মচা অসি সাহিত্যভাণ্ডারগীশু মচাক অমা ওইবা য়াগনি। ইতি

(৮) পণ্ডিত প্রবর শ্রীযুক্ত পরীক্ষিৎশর্ম্মা বিদ্যাভূষণ, ব্রহ্মপুর।

"মঙ্গল" হাইবা লাইরিক মচা অসি বৈষ্ণবগ্রন্থ থিবিক্তা লৌখত্রুনা প্রমাণ ওইনখ্রবা শ্রুতি স্মৃতি পুরাণনচিংবগী বচনা তিল্লি। মসিমক্তা থাজবগা লোইননা লৌবদা সংসারদগী লাইনা চানবা শমগনি হাইনা নিংই। ইতি

(৯) পণ্ডিত শ্রীযুক্ত গোকুলশর্ম্মা, ব্যাকরণ স্মৃতি শাস্ত্রী, ভাগবতরত্ন।

অশৌচপ্রদীপ—দৈবযোধক—পূজাপ্রদীপ সম্পাদক।

মাননীয় পণ্ডিত শ্রীযুক্ত কবিকর্ণপূরশাস্ত্রীনা, করি খংত্রবা ঐবু পাজো হাইদুনা সিনবিয়রপা "মঙ্গল" কৌবা লাইরিক অসি পাজয়ে। লাইরিক অসিনা ঐগী পুক্নিংদা হাইনংঙাই লৈতনা মুঙাইবা পোকহল্লি।

লাইরিক অসিদা ধর্ম্মশাস্ত্রগী নিংখিজবা প্রমাণ কয়া উবা ফংই। ধর্ম্মগী বিষয়দা অচুম অয়ানবী মমক অনুসন্ধান তৌনরিবা প্রমাণ কয়ামুক সংগ্রহ তৌবগী পক্রিপ্রমগী মথক্তা মাতৃভাষাগা খরাই শংবা য়ানবা হোৎনদুনা ধর্ম্মগী আকারবু নিংথিনা শংহল্লিবা "মঙ্গল" কৌবা লাইরিক অসি, মঙ্গলাভিলাষীশিংগী উপাদেয়গ্রন্থ অমা ওইদুনা

করুদস্থ কারগনি খল্লবদা লেখক মহোদয়বু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি। ইতি

(১০) পণ্ডিত শ্রীযুক্ত কালাচাঁদশাস্ত্রী বি, এ, সগোলবন্দ—

পণ্ডিতশ্রীকবিকর্ণপূরশাস্ত্রিণা রচিতা পুস্তিকেয়ং ধর্ম্মসম্বন্ধিনী মঙ্গলাখ্যাবলোকিতা পঠিতা চ ময়া সম্যক্‌তয়া।

ইদানিন্তনাধিকাংশজনা হিন্দুনামাভিমানিনঃ কো ধর্ম্মো ধর্ম্মো নাস্তি ঈশ্বরো নাস্তী-ত্যপভাষণপরাঃ কেবলং বাচালয়েন পণ্ডিতম্মন্যা ভোজ্যাভোজ্যবিচারবর্জ্জিতাঃ কলিপ্রিয়া নাস্তিকা এব সঞ্জায়ন্ত ইত্যত্র ন সন্দেহঃ। ইত্থম্ভূতে ধর্ম্মগ্লানিকলিকালে ধর্ম্মোস্থাপনায় ধর্ম্ম গ্রন্থবিরচনে তৎপ্রকাশনে তৎপ্রবচনে বা প্রয়াসকরণস্তু মূল্যবৎ প্রশংসনীয়ঞ্চেতি কিং বহুনা। শাস্ত্রবিহিতধর্ম্মাচরণেনৈব দ্বিজাতীনাং মঙ্গলং সম্ভবেন্নান্যেন।

আশাস্মহে—মঙ্গলাখ্যেয়ং ধর্ম্মপুস্তিকা জনানাং মণিপুরবাসীনাং মঙ্গলং বিধায় স্বনামচরিতার্থতাং সম্বিধেয়াদিতি।



ওঁ শ্রীশ্রীরাধাগোপীনাথদেবো জয়তিতমাম্ ।

# মঙ্গল

## প্রথম সোপান

ওঁ গুরুভ্যো নমঃ ।

ওঁ ভদ্রং কর্ণেভিঃ শৃণুয়াম দেবাঃ
ভদ্রং পশ্যেমাক্ষভির্যজত্রাঃ ।
স্থিরৈরঙ্গৈস্তুষ্টুবাংসস্তনূভিঃ
ব্যশেম দেবহিতং যদায়ুঃ ॥
ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ওঁ

চাবা, থকপা, তুম্বা, কীবা ( ভয় ), অমসুং রতিক্রিয়ানচিংবদা মীগা শাগা অক্মানি ; হাইবদি—মীনা মীগী চিঙ্গাক চাবদা মীগী য়াইহিপ হিন্নদা সুঙাইরিবা পেল্লিবা অত্তু, শানা শাগী চিঙ্গাক চাবদা শাগী য়াইহিপ হিন্নদা সুংঙাইবা পেনবা অত্তুগী অত্তু মঙাই । অত্তনা শাস্ত্র নোইপেন্দুনা মচা মগু পোক্লুনা হিংদুনা লৈরিবনি, ধর্ম্মতনা মরম ওইদুনা শাদগী মীনা হেন্নবনি, ধর্ম্মবু লৈত্রবদি শাগা সমান ওই । যদুক্তং—স্মৃতিভিঃ—

আহারনিদ্রাভয়মৈথুনঞ্চেত্যাদি ।

কনা কনাগুম্বনা হাইনৈ 'ধর্ম্ম তৌদুনা লৈরে়া, লাই নিংদুনা লৈরে়া, কনানা থাকপিনি', অসুম্না হাইবা অসি সাধারণ থরনা অচুক মহাইবা হাইবদনি । ধর্ম্ম হাইবা অদ করিনো, মাগী মাগী জাতিগী অতম্বা ধর্ম্মনা কদাইনো, সাধারণ ওইনা বর্ণ পুমনমক্কী চৎকদবনা করি করিগো, দেশ কাল পাত্রনা করি লৈবা হাইবদ অমুক্তা মুম্না য়েংবিয়ু । ধর্ম্মবু থোইনা য়েংশিনদবদগী খুদোং থিবনি, মশা কন্ত্রবনি, মীথা পোনবনি । শাস্ত্রনা করি অমত্তসু পুবা থাংবা ঙমদবা মীগী সাংনবা হাইবা লৈতে ; শাস্ত্রগী ধর্ম্মবু শ্রদ্ধা তৌনা চৎপা ধার্ম্মিক ওইবা কনাগুম্বা মী অমত্তসু লন তানবনচিংবা লমবীদা খুদিচেনবা অয়াবা ভাবা উথিত্রি ।

ঐখোইগী হকচাং অসিদা লৈরিবা ইন্দ্রিয়নাচিংবা অসিনা মাগী মাগী মশিল, মীৎনা য়েংবা মানা তাবা লৈনা মহাও থবা উন্না অফিং অশা থংবা ঘ্রানেন্দ্রিয়না গন্ধ লোবা পুক্লিংনা নিংবা বুদ্ধিনা লেপ্পা অস্তুম তৌতুনা মী হাইদুনা চৎলি। সমাজগী মশক ওইবা হকচাংদসু মতৌ অতগুম্বা মাগী মাগী মশিল অতু শব্দব্রহ্ম বেদনা তাক্লি, তাক্লিবা অদুগী মতুংদসু অমুক কয়া কাল পাত্রগী বিশেষ তৌরি। জগৎকী সম্রাটনা জগৎ শেম্মগা জগৎ চালাইবা য়াদনবা, মাংনবা য়াথং প্রকাশ তৌরমগনি হাইবা কনানা থাজবা ঙমবগে? অমসুং রাগদ্বেষ লৈত্রবা বেদবিরুদ্ধ ওইবা অমসুং ঈশ্বরদা ঐকান্তিগী ভক্তি তেংদুনা লৈথ্রবা অংগুম্বা ধর্ম্মশাস্ত্র—স্মৃতিশাস্ত্র প্রয়োজক সমদর্শী আর্য,ঋষিশিংনসু ঈশ্বরনা য়াদবা বেদবিরুদ্ধ ওইবা বচন থংমগনি হাইবা অমসুং পক্ষপাত নাইরমগনি হাইবা থাথলদি মংদা মংলম্মবসু পাপ ওইগনি।
ঈশ্বরগা করিগুমবা থংনবা অমা লৈতনা করম্বা ঈশ্বরদা ঐকান্তিক ওইগনি, অমসুং চুমদবা পোৎ অমনা অচুম শাহনা চহি কয়া থা কয়া লৈবা য়াবগে? অমসুং মতু মচাগী ম্রথল আসক্তিদগী নিবৃত্তি ওইহনা ঈশ্বরদা নিষ্ঠা ওইরবা মহাত্মাশিংনা জীব পুম্নমকপু সুংশিবা অমসুং জীব পুম্নমকী ফননবা থনবনা, মতু মচাদা য়ামনা প্রেম লৈরিবা আসক্তি লৈরিবা স্বার্থপর ওইবা মীশিংনা জীববু সুংশিবদগী অন্নপকী মতিক হেল্লি হাইবসি বর্ত্তমানদা মহাত্মা গান্ধিনাচিংবনা থুদম ওইহনা খুাইনা উনরি। মথাদা ধর্ম্মগী অমসুং শাস্ত্রগী মশক তাকপা শ্লোক থরদং উচ্চরি।

১। শ্রুতিঃ স্মৃতিঃ সদাচারঃ স্বস্য চ প্রিয়মাত্মনঃ।
সম্যক্ সংকল্পজঃ কামো ধর্ম্মমুলমিদং স্মৃতং॥

(যাজ্ঞবল্ক্য)

২। বেদোঽখিলো ধর্ম্মমূলং স্মৃতি শীলে চ তদ্বিদাম্।
আচারশ্চৈব সাধুনামাত্মনস্তুষ্টিরেবচ॥

(মনু০ ২ অ০)

৩। ঋগ্‌যজুঃ সামাথর্ব্বাখ্যান্ বেদান পুর্ব্বাদিভির্মুখৈঃ।
ইতিহাসপুরাণানি পঞ্চমং বেদমীশ্বরঃ।
সর্ব্বেভ্য এব বক্ত্রেভ্যঃ সসৃজে সর্ব্বদর্শনঃ॥

(শ্রীভা০ ৩।১২)

৪। শ্রুতিস্তু বেদো বিজ্ঞেয়ো ধর্ম্মশাস্ত্রং তু বৈ স্মৃতিঃ।

তে সর্ব্বার্থেষবমিমাংস্যে তাভ্যাং ধর্ম্মো হি নির্ব্বভৌ ॥
(মনু০ ২ অ০)

৫। শ্রুতিস্মৃতিসদাচারবিহিতং কর্ম্ম শাশ্বতম্।
স্বং স্বং ধর্ম্মং প্রযত্নেন শ্রেয়োঽর্থীহ সমাচরেৎ ॥
স্ববুদ্ধিরচিতৈঃ শাস্ত্রৈর্মোহয়িত্বা জনং নরাঃ।
তেন তে নিরয়ং যান্তি যুগানাং সপ্তবিংশতিম্ ॥
(পদ্মপুরাণ উ০ খ০)

৬। যঃ শাস্ত্রবিধিমুৎসৃজ্য বর্ত্ততে কামচারতঃ।
ন স সিদ্ধিমবাপ্নোতি ন সুখং ন পরাং গতিম্ ॥
তস্মাচ্ছাস্ত্রং প্রমাণন্তে কার্য্যাকার্য্যব্যবস্থিতৌ।
জ্ঞাত্বা শাস্ত্রবিধানোক্তং কর্ম্মকর্ত্তুমিহার্হসি ॥
(গীতা ১৬ অ০)

শ্লোকশিং অসিগী মথং মথং অম্নুবাদ—

১। শ্রুতি স্মৃতি অমসুং সদাচার হাইবদি দেশ অদুদা ব্রাহ্মণনা চিংজুনা সঙ্কর জাতি ফাওবগী পরম্পরাদগী মথং মথং চৎনরক্লিবা শাস্ত্রগী বিরুদ্ধ ওইদবা সজ্জনগী আচার, বিকল্প ওইনা হাইরমবা বিষয় অদুদা পুক্নিংনা পেনবা অমা, চংখোনবা সংকল্প ("কর্ম্ম অসিনা অসিগুম্বা ইষ্টফল অসি থোকনি" অসিগুম্বনা বিষয় ওইবা বুদ্ধি) দগী পোকপা কাম (ইচ্ছা মনোরথো বা) অসি পুমননক ধর্ম্মগী মূলনি।

২। বেদ পুমনমক, মসুনচিংবা বেদ খংবশিংগী স্মৃতি অমসুং স্বভাব, ধার্ম্মিকশিংগী আচার অমসুং বিকল্প ওইনা হাইরমবা স্থলদা পুক্নিং পেনবা পুমনমক অসি ধর্ম্মগী মূলনি।

৩। সর্ব্বদর্শন ওইবা ব্রহ্মাগী পূর্ব্বনচিংবা মুখদগী মথং মথং ঋক্, যজু, সাম অমসুং অথর্ব্ব বেদ মরিমক প্রকাশ ওইখি। অদুগী তুংদা ইতিহাস পুরাণ কৌবা পঞ্চমবেদ মহাক্কী মুখ পুমনমক্তগী সৃষ্ট ওইখি।

৪। শ্রুতিবু বেদ অমসুং স্মৃতিবু ধর্ম্মশাস্ত্র—মন্বাদিশাস্ত্রনি হাইনা চংখোক্লা খংগদবা ওই, অনি অসিবু বিষয় পুমনমক্তা প্রতিকূল তর্কনা বিচার তৌগদবা ওইদে, মরমদি অনি অসিদগী ধর্ম্মনা প্রকাশ ওইখি।

৫। শ্রুতি স্মৃতি অমসুং সদাচারনা নোংদম্বিবা প্রসিদ্ধ ওইবা কর্ম্ম পুম্নমক অমু যম্ভগা লোইনবা তৌরবদি জগৎ অসিদা পুমনমক্কী মঙ্গল ওই। অমসুং মহুৎক মশাগী ধর্ম্মনি হায়না খংগদবা ওই, মীশিং অদুনা মশাগী মবুদ্ধিনা পংলেম শেমবা শাস্ত্রনা মীবু ভকহনবা মী মখোই অমু যুগ কুনতরেৎ চুম্বা নরক তাই।

৬। মী মহাক অদুনা শাস্ত্রগী বিধিবু থাদোক্তনা মনিং তমনা চৎলবা অদুগুম্বা মী অদু সিদ্ধি ফংদে, সুখ অমসুং পরমা গতি অমত্তা ফংদে। মরম অদুনা হে অর্জুন তৌগদবা তৌরোইদবা মরম পুমনমক্তা শাস্ত্রনা প্রমাণনি, মহাক্না শস্ত্রনা হায়রিবা বিধান অদু খংলগা মদুগী মতুং ইন্না কর্ম্ম তৌগদবা ওই অর্থাৎ তৌ।

মী পুম্নমক মীকুপ অমত্তসু কর্ম্ম তৌদনা লৈবা ঙমদে, কর্ম্ম হায়বসি মানসিক হায়বা অমা, বাচিক হায়বা অমা, কায়িক হায়বা অমা অসুম্না মখল অহুম থোক্‌ই। পুক্নিংনা তৌববু মানসিক কর্ম্ম কৌই, য়াথংনা তৌববু বাচিক কৌই, হকচাংনা তৌববু কায়িক কৌই; অদুনা অহুম অসিগী মনুংদা অমবু ওইরবসু অমবু ওইরমহু অমত্তং- দদি থাবা লৈতে। যদুক্তং—

নহি কশ্চিৎ ক্ষণমপি জাতু তিষ্ঠত্যকর্ম্মকৃৎ।
কার্য্যতে হ্যবশঃ কর্ম্ম সর্ব্বঃ প্রকৃতিজৈর্গুণৈঃ॥

(গীতা ৩ অং)

হায়বদি, করিগুম্বা অবস্থা অমদসু জ্ঞানী অজ্ঞানী কনা অমত্তা ক্ষণ অমত্তা ফাওবা কার্য্য তৌদনা লৈবা ঙমদে, স্বভাবতগী পোকপা রাগদ্বেষনা চিংবনা মরম ওইদুনা মী পুম্নমক অসুম ওইগে হায়বা ঙমদদুনা থবক তৌই। অর্থাৎ ইচ্ছা তৌরবসু করিগুম্বা অমা নত্রগা করিগুম্বা থবক অমা তৌই।

তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমক 'ঐ সুখাইগে ঐ অরাবা ফংলোই' হায়বগী দমকনি, কাম্নবা অমা লৈতনা ঐখোইনা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদে। থবক পুম্নমক উদ্দেশ্যাদি য়াম্মি হায়ববু 'ঐ সুখাইবা ঐ অরাবা ফংদবা' হায়বা অসিদা ইত্তা মতারে। ঐখোইনা তৌরিবা থবক পুম্নমক ইশাগী কাম্নবগী ঙাক্তনি, কনা অমত্তসু মীগী কাম্নবগী দমক্তা তৌবা লৈতে; মীগী কাম্নবনি হায়দুনা তৌরিবা থবক পুম্নমক অদু মুম্না থক্তিলগা ইশাগী কাম্নবদা তারে। জগৎ অসিদা মীগী উপকার তৌববু অদুপকী মতিক মশাগী কাম্নবনি হায়বা খংলবা মীনা অদুপকী মতিক মীগী কাম্নবা

থবক্তা মাই ওনশিনবা ঙমই। ( মরম অসি প্রবৃত্তিমার্গগামী ওইবা ঐখোইগী মরীদনি )।

অৎদি "ঐ" হাবইসি কনানো হাইনদো মুন্না থংফম থোকই, মচু থংত্রবদি অমম্বুং থংবদা ওন্নথুবদি, ঐ নত্তববু ঐনি হাইনা খংখিবা থোক্রবদি ঐগী কান্ননবনি হাইদুনা ভৌরুবা পুম্নমক, ঐ নৎতবা অতুনা ফংখিদুনা তোকপা তাই।

'ঐ' হাইবসি কনানো খিন্নসি, ঐখোইনা হকচাংনা নোইরগা ঐ নোইরে, হকচাংনা য়াং বংলগা ঐ য়াং কংলে, মীং তাংলগা অমসুং না পংলগা ঐ মীৎ তাংলে ঐ না পংলে অসিনচিংবা দেহাত্মবোধক ওইবা য়াইহৌশিং অসি মী অয়ামবনা হাইনৈ। হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংববু ঐনি হাইনা খংনবা অসিনা অচুমবা ওইবদি হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী পেন্ননবা তৌরগা 'ঐ' না পান্মিবা অন্থুগুমবা মুত্তাইবা হাইবত্থু ঐনা ফংগনি। অদুগা করিগুমগা জড়বস্তু ওইবা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবা অসিনা 'ঐ' ওইরমত্রবনি, মতম কুইনা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী মুংত্তাইনবা হোৎনদুনা জীবন কয়া হোৎখ্রবস্থু, অদুগুমবা অরেম্না 'ঐ' হাইবদুগী মুত্তাইবা অপেনবা হাইবদু কদোইদেদমু পোকলরোই। হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংববু 'ঐ' নি হাইনা খংনখিবা অসিনা থাজেশোংবা 'ঐ' ওইরবদি হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংববু উদ্দেশ্য তৌদুনা ঐ নোইরে ঐ কংলে ঐ মিৎ তাংলে ঐ না পংলে হাইরগা অমুক ঐগী হকচাং ঐগী মীৎ ঐগী না ঐগী খোং ঐগী খুৎ অসুম্না ঐগা মরী লৈনবা ওইনা হাইবসি হাইরম্মোইদবনি। ঐ হাইবসিগা ঐগী হাইবসিগা বস্তু অমমম্মি, ঐগী য়ুম, ঐগী লল, ঐগী ইচা হাইবসি, ঐ নৎতে; ঐগা মরী লৈনবা পোৎনি। অদুগুম্না ঐগী হকচাং ঐগী মীৎ ঐগী না হাইবসি ঐ নৎতে ঐগা মরী লৈনবনি। হকচাংনা য়াং কংলগা অমসুং নোইরগা ঐ য়াং কংলে ঐ নোইরে, মীৎ তাংলগা না পংলগা ঐ মীৎ তাংলে ঐ না পংলে হাইবা অসিনচিংবা য়াইহৌশিং অসি, চৎনব ওই, খংদবা ওইনা হাইনবা অয়ানবা য়াইহেনি। ঐগী হকচাং নোইরে অমসুং কংলে ঐগী মীৎ তাংলে অসিনচিংবা য়াইহৈনা অচুমবনি।

অসিগুমবা হকচাং অসিগী মনুংদা 'ঐ' হাইবা আত্মবস্তু অমা নিশ্চয় তৌনন্নি। হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবা অসি ঐ নৎতে ঐগী কেত্রনি। অনাদিকালদগী অবিদ্যা মায়ানা শুক্কৎতুনা 'ঐ নৎতবা' হাইবদি হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী পেন্ননবত্তা হোৎনদুনা ঐখোইনা অমূল্য ওইবা জীবন কয়া অরেম্বদা চৎহল্লনবে, অসিগুমবা মায়াগী প্রতারণা অসিদগী কোকচগে হাইরবনি, হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী মথক ওইবা লৈপুং অসিগী মনুংদা মফম বদাইদা কয়মবা অমমবা কাচিন্দা অদুগুমবা অয়েম্না 'ঐ' হাইবদো কয়মনা

লৈবগে হাইবত্রু অহানবদা থিহনা খংদোকখিগদৌবনি ।

অরেম্না 'ঐ' অহু পাদত্তনা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবা অসিবু 'ঐ'নি হাইনা খংহ্নুনা ঐখোইনা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী পেন্নবত্তা তৌরবদি, হকচাং ইন্দ্রিয়দি নোই-পেনগনি ; তৌইগুমবত্তুঃ 'ঐ'গী কান্নবা অফবা অমস্তুং মতম বুইনা ফংগে হাইহনা তাল্লিবা অতগুমবা 'ঐ সুংহাইবা' 'ঐ অরাবা ফংদবা' হাইবহ কদৌত্তেদস্ত্র ওইরমোই । খুদমদি—য়ুমগী মাহৈ তৈবা ই শিনবা খোংনচিংগী রঙ তেবা অমস্তুং চেকুপ গুরকীনচিন্দনা য়ুমগীদি কৈ, অত্তগা য়ুম অদুগী মস্তুংদা লৈরিবা মী অত্তগীদি মত্তনা মপুক থন্নু হাইবা মাদে । য়ুমগী মচাকনা অমনি, মীগী চিঙ্গাকনা অমনি, য়ুমগীস্তু মচাক পিত্রগা মোৎকনি মনগনি তেকনি কাইগনি । মীগীস্তু মচিঙ্গাক পিত্রগা রাগনি, য়াং কংগনি, শিগনি, থাংগনি । মতৌ অদুগুমনা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগী চিঙ্গাকনা অমনি, 'ঐ'গী চিঙ্গাকনা অমনি । 'ঐ' হাইবসি আত্মাগী য়মিংনি, ঐ হাইরগা থংনরিবা পোৎ অদু আত্মানি, মত্তুমক জীবাত্মানি । জীবাত্মা হাইবসি অক্ষর পুরুষদগী পোকলকপনি মৈরিককুম্না য়াম্না কুপই, অমস্তুং মশিং লাকপা ঙমদনা য়ামই । অস্থম্না শ্রুতিনা হাই :—

যথা সুদীপ্তাৎ পাবকাদ্বিস্ফুলিঙ্গাঃ
সহস্রশঃ প্রভবন্তে সরূপাঃ ।
তথাক্ষরাদ্বিবিধাঃ সোম্য ভাবাঃ
প্রজায়ন্তে তত্র চৈবাপিযন্তি ॥

(মুণ্ডক উ০)

সোম্য ( হে সাধো ) যথা ( মতৌ অত্তম্না ) সুদীপ্তাৎ পাবকাৎ ( য়াম্না ওাম্না চাক্লিবা মৈদগী ) সহস্রশঃ ( লিশিং লিশিং ওইবা ) সরূপাঃ ( মৈগা সদৃশ ওইবা ) বিস্ফুলিঙ্গাঃ ( মৈরিক খিবিক ) প্রভবন্তে (পোকলকই) তথা (অত্তুগুম্না) [সৃষ্টিগী মতমদা] অক্ষরাৎ ( অক্ষর পুরুষগী সগুণ স্বরূপতগী ) বিবিধাঃ ( মথল মথা অয়ামবা ) ভাবাঃ ( ভাবনা তিনবা—উপাধিবিশিষ্ট ওইবা জীব পুত্তমক ) প্রজায়ন্তে ( পোকই ) তত্র চ এব ( অমস্তুং অত্তুমত্তদা ) [প্রলয়গী মতমদা] অপি যন্তি ( তিল্লি ) ।

অক্ষর পুরুষ পরমেশ্বরদি সচ্চিদানন্দনি ( সংশ্চাসৌ চিচ্চাসৌ আনন্দশ্চেতি সচ্চিদানন্দঃ ) নিত্য, জ্ঞান অমস্তুং আনন্দগী মশকনি । অস্তুগুমবা ঈশ্বরদগী পোকলকইবা

জীবসু অত্রুগুমবা ধর্ম্মণঃ তিন্নি, মৈদঃ লৈবা শাবা ছানবা অদু মৈরিকতম্মু লৈবা হেনৈ। অদুম্বদি ওইরগা চপ মান্নবরা হাইন্দ। যাম্মা খেন্নৈ, ঈশ্বরনা বিভু চৈতন্য স্বরূপনি-শিনথুবা জ্ঞাননি; জীবনা অনুচৈতন্য-শিকখুবা জ্ঞাননি। মরম অদুমা, ঈশ্বরগী মাংওইননা লৈবা ওমদবী অত্রুগুমবী বাহিরঙ্গাশক্তি মায়ানা জীববুদি খুত্তম চাল্ল। সুমিৎকী মঙানগী মমাংদা মাইপিবা ফংবা অমমবনা ভন্দনগী মঙানবুদি নমহন্নলি। মতৌ অদুম্মা অচোবা লম্মৈগী মরূপ ওইবা সুংশিংনা আপকপা থাওমৈগীদি মুংনবা ওই।

হকচাং হাইবসিনা বহিরঙ্গা মায়া শক্তিদগী মথং মথং মহত্তত্ব, অহঙ্কার, পঞ্চমহাভূতনচিংবা ওইরক্লনা পুন্নমক অদুনা তিন্নগা শরীর হাইবা পুন্নমক ওইবনি। অত্রুগুমবা ঈশ্বরগী মায়াশক্তি অদো ত্রিগুণনি, অব্যক্তনি, কার্য্যকারণস্বরূপনি, প্রকৃতিনি হাইনৈ। অনন্ত—ব্রহ্মাণ্ডগী মপৈবু মহাকী বৈভবনি হাই। প্রকৃতিদগী মথং মথং অচৎ চৎত স্থাবর জঙ্গম পুন্নমক ওইরকপগী বিবরণ, তৃতীয় স্কন্ধগী ২৬ শুবা অধ্যায়দা স্পষ্ট ওইনা তাকলি। মায়াদি চিদ্‌বস্তু নত্তে মশাগী চৈতন্য লৈতে, মাত্তোনদা ঈশ্বরগী চিদ্‌শক্তি হাপলবা মতমতদা থবক পাংথোকই। মশাক্ত জড়বস্তুনি, অদুনা জড়দগী ওইরকপনিনা ঐখোইগী হকচাং অসি জড়নি *। 'ঐ' জীবাত্মানা মশামথোকথবা সুমিল্লা হকচাং অসি পোলাংগুম্মা তাদুনা লৈহৌই। মী ওইবনা মন্নবা ফত্ত্রবা ফী চুন্দোক্লগা অহনবা ফী হোংই, অদুগুমনা আত্মানা 'জীর্ণ ওইরবা দেহ থাদোক্লনা অনোবা দেহ লোই, অসুমনা ভগবদ্‌গীতাদা হাই।

বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায়
নবানি গৃহ্লাতি নরোঽপরাণি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণা
ন্যন্যানি সংযাতি নবানি দেহী॥

(গীতা ২ অ০)

পরমেশ্বরনা সচ্চিদানন্দ ওইবনিনা সাচ্চিদানন্দদগী পোকলকইবা জীবসু সাচ্চিদানন্দগী কণ-মরিমকী স্বরূপ ওই। অদুনা নিত্যনি, জ্ঞানগী মশকনি, অমসুং আনন্দগী

* দেহ ইন্দ্রিয় মন প্রাণনচিংববু অবিদ্যামায়ানা শুনহনবা মী ওইবনা ঐনি হাইনা শিংই, থাজনোংবদি পুন্নমক অসি "ঐ—আত্মবস্তু" ওইবা নাদে। আত্মা হাইবসিদি চিন্নবস্তুনি অদুনা মশাক্ত বিকার (মরোং থাইবা

মথকনি। জীব হাইবসি মতম লৈবা খিবিক্কা সুখাইবতা কৈনৈ, সুখাইবতা থিজৈ, সুখাইবনা হিংই। মচুমক শ্রুতিনা হাই—— আনন্দাদ্ধ্যেব খল্বিমানি ভূতানি জায়ন্তে আনন্দেন জাতানি জীবন্তি আনন্দং প্রয়ন্ত্যভিসংবিশন্তি। আনন্দদগী জীব পুম্বমক পোকই, পোক্লগা আনন্দতনা হিংই, প্রলয়গী মতমদা আনন্দ স্বরূপতদা লীন ওই। গুণত্রয়গী আবরণনা জীবগী স্বরূপ-আনন্দ অদু অদুপকী মতিক কুপশিনসনু, করিগুম্বা অবস্থা অমদা জীবগী সম্পূর্ণ ওইনা সুখ লৈতবা হাইবা অদু প্রমাণ ওইবা য়াদে। জীবনা অদুপকী মতিক অরাবগী সমক্রমঃ তারসনু, অদুপকী মতিক দুখাইবা লৈতবা ওইরসনু, মচুগী মরুমদা সুখাইবগী মতান অমত্তংতদি সোইদনা লৈগনি।

দেহদি ভৌতিক জড়বস্তুনিনা মাগী স্বজাতি জড়বিষয় অচা-অথক বসন-ভূষণনা উপভোগ্যনি, জীবাত্মা 'ঐ' হাইবসিদি চিদ্বস্তুনিনা মাগী স্বজাতি চিন্ময় বিষয়না মাগী উপভোগ্য ওই। দেহগী ভোগ্য অদু নিংথিনা পিরগা দেহদি নোই পেল্লি, তেই-গুম্বসুং 'ঐ' জীবাত্মা হাইবসিগীদি মচুনা কান্নবা অফবা নিত্য সুখ হাইবা অদু ওইদে। অবিদ্যানা গুম্বনা জীবাত্মানা জড় ওইবা দেহ-ইন্দ্রিয়শিংবদা অদুপকী মতিক 'ঐ' নি হাইনা খনসনু, ইশিংগা থাওগা তিন্নবা থমলবসু অতোপ্পা ওইবা, অমত্তা ওইবা য়াদবা অদুগুম্বা, চিদ্বস্তু ওইবা আত্মাগা জড়বস্তু ওইবা দেহগা অমত্তা ওইনা লৈরবসু করিগুম্বা মওমদা অমত্তা ওইনা তিন্নবা য়াদে। দেহদা লৈহনা দেহগী দুঃখশিংবা ধর্ম্ম অদু আত্মাদা আরোপ তৌরবসু আত্মাদি চিন্ময় ওইনা অদুমক লৈ।

মথক হোংবা) লৈত্তবনি, নিত্যনি। পোকপা শিবা সোইবা কংবা মাইরিবা হকচাং অসি বিকার লৈবা অমসুং অনিত্য ওইবা পোৎনি, মীৎ তাংবা নাপংবশিংবা মাইরিবা ইন্দ্রিয় পুম্বমক, কাম ক্রোধশিংবনা মথক ওন্নিবা মনসু বিকার লৈবা অমসুং অনিত্য ওইবা পোৎনি, হাইবসি ইকোং কোংবা উরি। অদুনা মথোই পুম্বমক অসি "আত্মসহ্ণ ঐ" মখক জড়বস্তুনি, অদুগা প্রাণশীসু খাস—প্রশ্বাসগী বিকার মথল কপা লৈবনিদা মহাকসু আত্মবসু নত্তে। আকাশ হাইবসি অমকপা লৈতবনি অদুবু মতম অরাবনা লৈচিন লৈথু অমসুং উকুলনা তৈরবগুম জাগ্রত স্বপ্ন সুষুপ্তি অবস্থা অহুমগী অতীত ওইবা অমসুং সাক্ষী ওইবা আত্মাবু অবস্থা অহুম অদুনা জিত্ত ওইবগুম্বা বিশ্ব, তৈজস, প্রাজ্ঞ হাইবা মাথ অহুম অসি ওই। মহাক্তি দেহেন্দ্রিয় পুম্বমক ভুম্ভবসু জাগ্রত ওইদুনা পুম্বমক থাই পুম্বমক নিংশিংই অদুগুম্বা মহাক অদু জীব কৌবা আত্মা বস্তু ঐ হাইবদুনি। মহাক লৈবতগী অনিত্যবা জড়দেহইন্দ্রিয়শিংনা থবা হাইবসু ওইরিবনি। অমক্তা ওইবা তুমিংবা মকম পুম্বমক ভাংহো-কপগুম আত্মাবা দেহগী মসুংদা লৈদুনা মেক পুম্বমক শিংংবা মহাকী স্বরূপ—চৈতন্য ভাংহোকই।

যথা প্রকাশয়ত্যেকঃ কৃৎস্নং লোকমিমং রবিঃ।
ক্ষেত্রং ক্ষেত্রী তথা কৃৎস্নং প্রকাশয়তি ভারত॥
(গীতা ১৩।৩৩)

যদুক্তং—

যথা সর্ব্বগতং সৌক্ষ্ম্যাদাকাশং নোপলিপ্যতে।
সর্ব্বাত্রাবস্থিতো দেহে তথাত্মা নোপলিপ্যতে॥
(গীতা ১৩ অং)

হাইবদি আকাশ হাইবসি মফম পুম্নমক্তা শিনথুংনা লৈরবস্থু সূক্ষ্ম ওইবা মরম্না করিগুম্বা বস্তু অমনা লিপ্ত ওইদে, অদুগুমনা আত্মানা জড় ওইবা দেহদা লৈত্নুনস্থু দেহগী ধর্ম্মগা লিপ্ত ওইদে।

সচ্চিদানন্দ ওইবা জীবাত্মানা স্বপ্নগী মাগী স্বজাতি—সচ্চিদানন্দ—বিষয় সেবন তৌরবতদা পূর্ণকাম ওইবা য়াই। বিজাতি জড়দেহবু 'ঐ'নি হাইনা থল্লবস্থু ওইদবনা করিগুম্বদা অওইবা ওইবা য়াদে, শনাগী কুণ্ডলবু লৈপাকনা পূরণ তৌবা য়াদে, অমস্থুং লৈপাকী পাত্রবু শনানা পূরণ তৌবা য়াদে। মরম অদুনা আত্মাগী পেন্নবনি হাইস্থুনা জড় ওইবা দেহ—ইন্দ্রিয়নচিংবগী মথক্তা রূপ রস গন্ধ স্পর্শ অমস্থুং শব্দ বিষয়শিং অসি কোকদোঙ কোকথোঙ হৈজিন্নবস্থু, মচুনা দেহ ইন্দ্রিয়গী গুহাক্তগী পূরণ ওইরবস্থু পেন্দ্রবা আত্মাগী থৌরাংবা অদু থৌরাংদুনা অদুমক লৈগনি। জীবগী স্বভাবগী মথক্তা পরভাব-জড়বিষয়না কুপশিনবা অদুনা মদুগী মসুংদা পূর্ণ ওইদবগী ব্যাকুলতা অমা অদুমক লৈ। মদুনা অতৎপা লৈতনা জীবগী অন্তরদগী থোকলকই, মদুবু "কামনা" হাইনা খংনরি, কামনানল অদুদা জড়বিষয় মশক মচু মহাও মনমনচিংবনা ঘী ওইনা হৈজিন্নগা যুৎপদি থম্মদুনা হেন্না হেন্না চাকখৎলকই। যদুক্তং—

ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি।
হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মেব ভূয়ঃ এবাভিবর্দ্ধতে॥
(শ্রীভাগবত)

হাইবদি বিষয়—কামনা হাইবসি কাম্যবিষয় খিবিক উপভোগ তৌবনা করিগুম্বদস্থু যুৎপা ওইদে, ঘা হৈজিন্নগা মৈনা হেন্না হেন্না চাখৎলকপগুম অপামবগী মৈ অদু হেন্না হেন্না চাকখৎলকই।

কামনা অদুদি মতম কুইনা মহাক্কী উপভোগ্য ফংদ্রবা পদচ্যুত ওইরবা জীবাত্মাগী অব্যক্ত ব্যাকুলতনি, হাইবদি অসিনি হাইবা ফোংদবা অরাবনি, মদুদি আত্মতত্ত্ব বিচার তৌরগা খংগদবনি। আত্মাগী স্বজাতি উপভোগ্য করিগো হাইবস্থু খিরগা

মাঙ্থু পিরবত্তদা ব্যাকুলতা অদু শান্তি ওইগদবনি। মীনা লামবা খোঙাংবা মতম ওইহনা লাম্মকপা খোঙাংঙকপা অমম্তুং তুমবা মতম ওইহনা তুমনিংলকপদি হৌনবা দেহ ইন্দ্রিয়গী স্বভাবনি। অদুগা চাবস্থু মতম চানা মপুক থম্না চারিবা তুমবস্থু মতম চানা পুরা ওইনা তুম্মিবা লেংনবস্থু রাংতবা চানবস্থু রাংতবা য়ুমকৈ লনথুম করি অমত্তস্থু রাংতবা লাকপতি কোংফতি ফাওবগী অন্তরদা ইপেন পেনদবা খোয়াংবা অশান্তিগা মরোং অমা লৈবা অদুনু করিণনো? চাওখৎনবা তানখৎপগী চুম্না রাখন তোবা অমত্তুং পরিশ্রম তেংবদি তেংনগ। করিগীদমক চাবা থকপা লল থুমস্থ রাংঙা দুঃখদগা অমস্থু তাবা লৈতনা, ইপেং পেন্দগুম হঙ্গুং সুংঙাইতগুম অশান্তি ওইরিবনো? ঙহাক অমা সুঙাইরবস্থু অশান্তিগী ওংদা হেক হেক তারিবনো। হায়বসি মমা পিচার তেরগা মথঙ্গা হাইখিবা, মগী স্বজাতি চিন্ময়বিষয় উপভোগ্য ফংদনা পদচ্যুত ওইরবা হায়বদি— আত্মাগী সচ্চিদানন্দলক্ষণস্বরূপ অদু জড়বিষয় জড়ভাবনা। কুপ-শিন্দুনা সচ্চিদানন্দলক্ষণদগী চ্যুত ওইরবা জীবাত্মাগী ব্যাকুলতা ওনা অতি করিস্থু অশান্তি অদু ওইনবা লৈতে।

"ঐ" জীবাত্মা হকচাংগী মপুংদা লৈরিবা হকচাংগী মপুনা পেত্রবদা হকচাংঙা ফন নোই পেন্দুনস্থু য়ুমকৈ লন-থুম লৌরি-চুক্ষম মচু-মচা নাই-ষণ ফন য়াম্না চংখোম্না লৈদনস্থু ইরাং য়াংকুম ইরাং লাংগুম শান্তি লৈতে। জীবাত্মাগী পেন্নবদি ধর্ম্মনা ওই, ধর্ম্মদগী পোকপা অদৃষ্টচিন্ময়বস্তুনা মগাকী উপভোগ্যনি, ধর্ম্মদগী অপোইবা সুংঙাইবা ওই; মথং মথং সুখশান্তি ওই।



# মঙ্গল

## দ্বিতীয় সোপান

ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শূদ্র হাইবা বর্ণ মরি অমসুং ব্রহ্মচর্য, গার্হস্থ্য অমসুং ভৈক্ষ্য হাইবা আশ্রম মরি অসিগী মীশিংনা অমসুং বর্ণাশ্রমগী মনুংদা লৈতবা জাতিগী মীশিংশু মাগী মাগী স্বধর্ম অদু নিংথিনা চৎলগা মশাগীসু য়ৈ, সমাজগীসু চাওখৎলি। মসি মরিদগী অতোপ্পা জাতিশিংগী মনুংদা ভেদ লৈতবা মানা অদু, মানা অসি হাইনা লৈতবা মীগী মী অমাগী অমা স্বভাব অমদা চৎপা লৈ, মখোই অদুগীদি পরম্পরা ধর্ম্মশিনা অদুম ওইনা অদুমক চাওখৎলি। মদু ঐখোইনা তম্বদি য়ারোই, তেংদবা হাদে হাইদুনা তম্মবসু মদুনা সিদ্ধি ওইবগী আশাদি য়াম্না রাংলি। সনাতন ধর্ম্ম হাইবসি অনাদি কালদগী চৎলকপনি অনন্তকাল ফাওবা চৎকনি, মরক্তা কয়া কয়া থুগাইগদবগী হোৎনখি; কাইবা য়াদে।

গোত্র অমগী মচা মশু ওইদুনা লৈরিবা ঐখোই অসি, অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিগী স্বভাবনা লুপ্তোং য়াওবা চুরবা ইপা ইপুগী মচানি। মরম অদুনা ইশিংগী ইচেন চেন্থরকপগুম্না পরম্পরা মথং মথং চেন্থরক্লুনা অদুগুমবা স্বভাব অদুনা পরমাণু ওইনা ঐখোইগী শূদা তোংদা ঈদা অমসুং অন্তঃকরণদা তিন্দুনা ঐখোই অসি ওইরিবনি। অসিগুমবা ঐখোই অসিনা পূজা তৌরিবা অনা অয়েক অরাবা অমা তারবদা মহাকপু পূজা তৌরগা অমসুং চুম্বা গুরুমন্ত্রগসু অমা অনা লোকনরিবা অনাদিকালদগী প্রসিদ্ধ ওইরবা অদুগুমবা মহাক অদুনা জাতিশিং অদুগী অপাম্বা চিন্তাক ওইনবা, অদুগুমবা জাতিশিং অদুগী স্বভাব অদু করিগুম্বা তম্বা খোক্রবদি থন্দুনা য়েংবিয়ু, বিনাশ ওইদা নত্তুনা মঙ্গলগী আশা করি লৈগদগে? অদুম ওইবা জাতিশিং অতুনা মখোইগী ধর্ম্মদসু অড় মঙাই। অতুগা মরূপ ওইনবা পরস্পর হিতৈষী ওইনবদি অফবনি, আধ্যাত্মিক জগত্তা আপ্না হাইবসি ঐক্য ওইবনিনা অমনা অমবু নিন্দা মুনা তৌনগদবা ওইদে।

বর্ণ আশ্রমগী মনুংদা লৈরিবা ঐখোই অসিগী মনুংদসু অমনা অমগী স্বভাব

চৎলবদা অমগী ধর্ম্ম অমনা তাংদুনা চৎলবদা করিস্নু ফফম থোক্কে। ক্ষত্রিয়না থৌবা, থম্মোই কনবা অদুপ ব্রাহ্মণনা থৌবা কনবা ওইরোই; তম্বিদুনস্নু হৈরোই। অদুক চাওরাক্লা থৌবগুম কনবগুম উরবস্নু তৎকাল য়েংরবদা য়ারকলোই, অদুগা ইরৈ লৈতে হাইবদি লানগনি; যণশিংগী মরক্তা কৈগা চপ মান্নবা য়াওই, অদুগুম্না য়াওরম্বদি য়াই। ক্ষত্রিয়না ব্রাহ্মণগী স্বভাবতস্নু অচমঙাই, লুপানা থাং শারগা ইম্পাতনা পুথম শারবদি, থাংস্নু ময়া কোনগনি পুথমস্নু কোঙ্গিলং বাগনি। অদুনা স্বধর্ম্ম থাদোকতুনা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা স্বধর্ম্মত্যাগী ওইবা মী মহাক অদুনা চৎলিবা পরধর্ম্ম অদুদা একাগ্রতা সম্ভব ওইদে, হায়বসি গীতা ১।৭ শ্লোকতা লানফমদা দুর্য্যোধন নিংথৌনা দ্রোণাচার্য্যদা "দ্বিজোত্তম" হাইনা সম্বোধন তৌদুনা ইঙ্গিতনা থংহনবা ভাব অদু মধুসূদন সরস্বতীনচিংবা টীকাকারগী অনুযায়ী ওইবা স্বর্গীয় পণ্ডিত শ্রীযুক্ত কৃষ্ণচন্দ্র স্মৃতিতীর্থগী টীপ্পনীদা সরল ওইনা বাপা তৌরি। মতুদি——
"নহাক্কি ঐগী পক্ষদা লেপ্লি হাইববু পুক্নিংদি পাণ্ডবশিংগী মচংদা লেপ্লি, অচম ওইদুনস্নু ঐনা অদুম ওইনা কীদম থোকতে, মরমদি নহাক্কি 'দ্বিজোত্তম' নি অদোইবা ব্রাহ্মণনি, অদুনা ব্রাহ্মণগী থবক্তা পারদর্শী ওইবনি; অদুগুম্না ব্রাহ্মণ নহাক্না জীবিকাগী দমক স্বধর্ম্ম থাদোকতুনা ক্ষত্রিয়বৃত্তি তৌরবনি। মী মহাক অদুনা স্বধর্ম্ম পাদোক্রবা অদুগুম্বা মী অদুগী মপুকনিংদা চপলেপ্পা হাইবা অদু লৈবা হোনদে"। ইতি

একাগ্রতা ওইবা নত্তনা কার্য্যসিদ্দি ওইবা হাইবা অদু অসম্ভবনি হাইবদা কনানা য়ানিংলোইদগে। মরম অসিনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবনা মাগা মাগী স্বধর্ম্মদা পরায়ণ ওইরগা সিদ্ধি ফংই। ভগবাননা হাই—

স্বে স্বে কর্ম্মণ্যাভিরতঃ সংসিদ্ধিং লভতে নরঃ।

(গীতা ১৮ অ°)

অদুনা মাগী মাগী ধর্ম্মদা একাগ্রতা ওইরগা সমাজরূপী পুরুষগী উন্নতি সোইদনা ওইগনি। মসিদা বনাগুম্বনা শঙ্কা তৌবা য়াই, মতুদি ধর্ম্ম কাইরবদি চাওখৎপা হাইবসি ইয়া য়াত্রবরা, মমাংগী যুগতা অমস্তুং বর্ত্তমানদা অধর্ম্মণা চাওখৎপা ইয়াও য়াওখিত্রবরা? মদুগী পাওখুমদা, চাওখৎপা য়াওখি মঙ্গল থিবিকস্নু উথি য়েক্রবস্নু খুদম চনখি। তৌইগুম্বস্নুং মাঙ্গম্মা চাওখৎপা অদো মমৈদা মরূ ফংনা মাংই। রাবণনা অতৎপা লৈতনা ধর্ম্ম নত্তবা তেৎদুনা ত্রিভুবন অসিবু রাহন্দুনা পুম্নমক্তা

চাওথংখি, অদুগা পরিণামদা বংশগা লোইননা থব স ওইখি। দুর্যোধননচিংবসু অদুগুম্বা গতি অদু ওইখি। উক্তং চ—

অধর্মেণৈধতে তাবৎ ততো ভদ্রাণি পশ্যতি।
ততঃ সপত্নাঞ্জয়তি সমূলস্তু বিনশ্যতি ॥

পিবথ বা লৈপাক অসিগী মনুংদসু লৈবাই অদুদা পুল অদুদা অধর্মগা ইনাক খুনখিবা অমসুং চাওথংখিবা অদুগুম্বা মীশিং অদুগী পরিণামদা করি ওইখিবগে হইবা অদু, মী পুম্নমক্না ইউ মউনবনি ইথং মথংনবনি। হুজিক কালদা কনাগুম্বশিংনা হাইনৈ—"ইকুজবা হাইগনে চন্দন থিনবা, হাংবনে হোৎনরিবৈদা মীমাম্নক্রে, শিরে কর্ম্মগী হোৎনবদা মুৎলে"। হাইবসি, ধর্ম্ম অচৎশক থংনা চুম্না চৎলবদি মীখা পোনবা তরাবা অমসুং অমাংবা করি অমত্তা ওইরোই। মতম চানা মমুং থাদোকপনচিংবা হকচাং ফনবসু ওইগা, অদুগুম্বা ধর্ম্মগী স্বভাব অদু চৎলবদি, ইরুজদবা মীনা করিসু লাকচবা লৈতে; তম্লবদি ধর্ম্মসু মাংই স্বাস্থ্যসু মাংই। তিলক ধারণ তৌরগা মিংশেল্দা উবদা পুক্নিং নির্ম্মল ওইবা থংবা ওমই, অমাংবা শোত্রিতৈদা ওইবা পুক্নিংগা শেংলবা মতমদা ওইবা পুক্নিংগা কনাসু মানরোই। পুক্নিং লুরগা বুদ্ধি চাওথংলি বুদ্ধি লৈরগা পাঙ্গল কল্লি—"বুদ্ধি র্যস্য বলং তস্য"।

শ্রাদ্ধদা রাবদি "গশোহর্থে ধর্ম্মসেবনম্" হাইবা কলিগী স্বভাব অদু চৎতুনা গুনদা চাওথোকতুনা রাবনি। "শ্রাদ্ধে বুর্থাম্নবিস্তরম্" হাইবা শ্রীভাগবতকী ৭। ১৫ অং গী থাথং অদুগী মতুং ইম্না ধর্ম্মগীদমক্তা তৌরবদা করি থোইনা রাকম লৈবগে। অদুগা বন্ধুস্বজন অমা কাইনরবনা ইরা রাগনা তুমিম্না কোক তোকপদি, কনাগী জাতিদসু লৈতে। যাহা অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু মীগী ধর্ম্ম অদুনা ফন ফগদগুম ফুংগাইগদগুম নিংতুনা মত চংথোম্না তৌবদগী, নিজধর্ম্ম অদু করিগুম্বা রাইচিনবা ওইদুনা পুক্নিংদি চৎলগা অঙ্গম্বুনা চংথোম্না তৌবা ওমত্রবসু মতুতনা (ঐগী স্বধর্ম্ম অদুতনা) "ঐ"গী মঙ্গল ওই। তথা হি—

শ্রেয়ান্ স্বধর্ম্মো বিগুণঃ পরধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ।
স্বধর্ম্মে নিধনং শ্রেয়ঃ পরধর্ম্মো ভয়াবহঃ॥
(গীতা ৩।৩৫)

শ্লোক অসিগী শ্রীধরস্বামী টীকাগী অনুবাদ—— অহুগুম্বা মহৌশাগী ওইবা শান-চিংবগা মান্নবা স্বভাব অহু থাদোক্তুনা নিজধর্ম্মদা চংগদবা ওই, হাইবসি মথক্কী শ্লোকতা হাইখ্রে। অহুদা ক্ষত্রিয়গী নিজধর্ম্ম ওইবা অৱাবগী মশক ওইবা লাননচিংবা ধর্ম্ম অহু ঠীক ওইনা তৌবা ঙমদবা ওইবদগী পরধর্ম্ম ওইবা অহিংসানচিংবা ধর্ম্ম অহুনা সুংঙাইবা থুৎলোইবা ওইবদগী অমস্তুং ধর্ম্মগী ধর্ম্ম অক্ষা ওইবদগী মহুদা চংগে হাইনা নিংলবা অর্জ্জুনগী মংমদা ভগবাননা হাই— শ্রেয়ান্ হাইবা শ্লোক অসি। অঙ্গ থৱা ৱাংলবস্থু স্বধর্ম্ম কাইদনা চৎপনা থোইদোক্লা মঙ্গল ওই, অঙ্গগুনা মপুং ফানা মীগী ধর্ম্ম চৎলুবদগী। মগুদা হেতু— ক্ষত্রিয়না নিজধর্ম্ম লান্নচিংবদা চংহনা মাগুদা শিৱবস্থ য়াম্মা ফৈ, স্বর্গনচিংবা ফংহৎবদগী। মীগী ধর্ম্ম তাংবদি মশাগী মরীদা অবীবগী মশক ওই, শাস্ত্রনা য়াদবা ওইবনা নরক ফংহনবদগী।

সংগচ্ছধ্বং সংবদধ্বং সং বো মনাংসি জানতাম্।

দেবা ভাগং যথা পূর্ব্বে সংজানানা উপাসতে ॥

(ঋগ্ বেদ ৮ অং ১৯১ সূং)

হুজিক্কী মতমদা লম্বী অমত্তদা চৎপা পাম্নদ্রে মপানা লম্বী অমদা মচানা লম্বী অমদাময়াম্বনা লম্বী অমদা মনাওনা লম্বী অমদা তোঙান তোঙান চৎপনা নম্মে, মশাগী চৎকদবা লম্বীদা চুম্না চৎনিংদ্রে, গুরুণা উৎপিরম্বা লম্বী অদো হুজিক শিষানা অমুক মানিদ্রে, মরম অসদা বেদনা উপদেশ পিবিরি,— 'সংগচ্ছধ্বং' মঙ্গল পাম্মবদি লমবী অমত্তদা চুম্না চৎলু হাইবদি নিজ নিজগী স্বধর্ম্মদা অমত্তা ওইনা আশ্রয় তৌ।

হুজিক মতম অমা ওইরে, মহুদি য়াথং অমদা লেপ্পা অরেপ্পা ৱা ঙাংবা মী য়াম্মা ৱাৎলে, মপানা ৱা অমা হাই, মচানা অমা হাই। সংসারগী মফম অয়াম্বদা অমনা অমা অমনা অমা বিপরীত ওইবা ৱা ঙাংনবগীদমক অভ্যাস তৌবগুম উরে। অহুদস্থ নত্তে হুজিক চৎলিবা মীশিংগী মসুংদা অম্ভামবনা ঙসি অমা হাইরগা হয়েং অমা হাইবা অহুদগীস্থ হুজিক্তা হাইবা ৱা অহু ঙাহাক লৈরগা অমা হোংবা ফাওবা য়াওরে। সত্য হাইবম্বদি অমত্তনি, ঙসিস্থ অহুমঙাই যুগান্তগী মতুংদস্থ অহুমঙাই।

মরম অসিদা বেদনা উপদেশ পিবিরি,—"সংবদধ্বং" রা অমত্তা চুম্বা ওাংঙ্ কালগী ইচেন্দা লুপ্তুনা মাংনি ত্রবদি অমস্তুং মঙ্গল পাম্মবদি অরেম্মা রা ওাংঙ্, হাইবনি পরম্পরা সদাচারগী সত্যগী স্বধর্ম্মগী অমসুং উপাস্যমন্ত্রগী উপাসক ওইয়ু। করিগুম্বা মতমদসু স্বধর্ম্ম থাগসু হিন্দুসু অতুমঙাই মুসলমানসু অতুমঙাই, বৌদ্ধ জৈন শিখ খৃষ্টান পুম্নমকসু অতুমঙাই করিগুম্বা ধর্ম্ম অমনা ফজবা শিকা পিবা লৈতে। করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তনসু মিথ্যা হাইবা লৈতে। অতগুম্বা ধর্ম্ম অহ ধর্ম্ম হাইবা মিং অসি কৌরিবা, মহু লেপ্পমক সত্যগী মথক্তা প্রতিষ্ঠা তৌরিবনি। মফম অতুদা স্বধর্ম্ম অহ্ কাইদবা হিংসা-দ্বেষ লৈতবা মীগী মাংবা পামদবা সত্য সরলতা মহা প্রাণতা অমদি দয়া দাক্ষিণ্যনচিংবা গুণগী মপৈনা তিনবা অদগুম্বা মফম অদদা দেবতা পুম্নমক উপস্থিত ওই, ভগবানগী অনুকম্পা উদয় ওই, মঙ্গল ওই হাইবনি অভীষ্টসিদ্ধি ওই। অসিগী তুংদা সংক্ষেপ ওইনা মী হাইবা পুম্নমক্কী সাধারণ ধর্ম্ম, বর্ণগী ধর্ম্ম অমসুং স্ত্রী ধর্ম্ম তাকপা শ্রীমদ্ভাগবতকী অধ্যায় অমত্তুং মাতৃভাষানা উচ্চরি।

## সপ্তম স্কন্ধগী ১১ শুবা অধ্যায়।

শ্রীশুকদেবনা হাইখি,—— মহত্তমশ্রেষ্ঠ ওইবা হরিভক্ত-প্রহ্লাদগী সাধুশিংনা সম্মান তৌনবা চরিত্র তারগা যুধিষ্ঠিরনা মুংঙাইরতুনা অমুক নারদদা হংখি। হে ভগবন্! মী পুম্নমক্কী ওইবা সনাতনধর্ম্ম অমসুং বর্ণ আশ্রম শিংবিক্কী আচরণ তাজনিংই। মরমদি মহু তারগা মী ওইবনা জ্ঞান অমসুং ভক্তি ফংই। হে ব্রহ্মন্! নহাক্তি পরমেষ্ঠী ব্রহ্মাগী থাঙ্গৎশংবা মচানি, তপস্যা, যোগ অমদি সমাধিনা মরম ওইদুনা মচা পুম্নমক্কী মনুংদা নহাক্তনা ব্রহ্মাগী য়াম্না অচানবা ওই। নারায়ণভক্ত ব্রাহ্মণশিংনা অথুপ্পা অথোইবা ধর্ম্ম থংই, নখোইগুম্বা শান্তিগুণাবলম্বী ওইবা সাধু-শিংতনা থৌজাল হৈবনি; অতৈনদি অতম্না থৌজাল হৈবা ওইদে। ১—৪

শ্রীনারদনা হাইখি—— অতুম ওইবা শ্রীনারায়ণনা ধর্ম্মগী মচা ওইনা দাক্ষায়ণীগী গর্ভদা মহাক্কী অংশনা অবতীর্ণ ওইদুনা বদরিকাশ্রমদা লৈদুনা লোক শিংবিক্কী মঙ্গল-গীদমক তপস্যা তৌবি, অতুগুম্বা ধর্ম্মসেতু ওইবা শ্রীনারায়ণবু খুরুমজদুনা মহাক্কী মুখদগী তাক্লখিবা ধর্ম্ম পুম্নমক বর্ণন তৌজে। হে রাজন্ বেদ পুম্নমক্কী মথক ওইবা ভগবান্ শ্রীহরি অমসুং বেদ খংবশিংগী স্মৃতি অমসুং শাস্ত্রনা হাইবা ধর্ম্ম অদুদা মত মায়দনা বিকল্প ওইনা লৈরবদা পুক্নিংনা শেনবা অমা পুম্নমক অসি ধর্ম্মগী মরূপি। ৫—৭

সত্য, দয়া তপস্যা * শৌচ, তিতিক্ষা, ঈক্ষা, শম, দম, অহিংসা, ব্রহ্মচর্য্য, ত্যাগ স্বাধ্যায়, আর্জ্জব, সন্তোষ, সদ্‌দৃক্‌সেবা— সমদর্শী ওইবা সাধুশিংগী সেবা, বিপর্য্যয়েহেক্ষা, মৌন, আত্মবিমর্শন, যথোচিত ওইনা জীবশিংগী অন্ননচিংবা শাইদোক্নুনা পিবা, জীব পুম্নমক্তা আত্মা অমসুং দেবতানু থংবা, নবদিধাভক্তি— শ্রীকৃষ্ণগী নামনচিংবা তাবা, শকপা, নিংশিংবা, সেবা, পূজা, প্রণাম, দাস্য— মংাই ওইবা, সখ্য— মরূপকী-ভাব ওইবা, মহাক্কী চরণদা পুক্নিং হকচাং পুম্নমক কৎপা, অসিগুম্বা লক্ষণ কুন্থ্যান তিনবা ধর্ম্ম অসি মী ওইবা পুম্নমক্কী অথোইবা ধর্ম্মনি, অসিগুম্বা পরম ধর্ম্ম অসি চংলগা সর্ব্বাত্মা ওইবা ঈশ্বরনা পেনবি। ৮—১২

সমন্ত্রক ওইবা গর্ভাধাননচিংবা সংস্কার মথোই অতগী থাইদবা অমদি ব্রহ্মাণা মথোই অত্তবু অত্তগুম্বা সংস্কারণা তিনবনি হাইবা মথোই অদো দ্বিজনি। কুল অমসুং আচারণা লেংলবা দ্বিজশিংগী মরীদা যজন, অধ্যয়ন, দান অমসুং ব্রহ্মচর্য্যণ চিংবা আশ্রমগী তৌবা হৌনবা ক্রিয়া পুম্নমক হাইখ্রে। ব্রাহ্মণগী অধ্যয়ণনচিংবা কর্ম্ম তরুকনি— যজন, যাজন, অধ্যয়ন, অধ্যাপন, দান, প্রতিগ্রহ, অতৈ দ্বিজ (ক্ষত্রিয়নচিংব) গী প্রতিগ্রহ নত্তনা কর্ম্ম মঙানি। প্রজা ভাক্লিবা নিংথৌগী ব্রাহ্মণ নত্তবা প্রজাদগী করশুল্কনচিংবা লৌবনা বৃত্তিনি। বৈশ্যজাতিগী জীবিকা কৃষিবানি-জ্যনচিংবনি, বৈশ্যনা মতম নৈবখিনিক্তা ব্রাহ্মণশিংগী অনুগত ওইগনি। শূদ্রজাতিগী ধর্ম্ম, দ্বিজসেবা তৌবা অমসুং মত্তদগী ফংবনা বৃত্তি ওইবা। ১৩—১৫

ব্রাহ্মণগী বৃত্তান্তরধিবিক হাইরি মুখ্যান্তকল্পভেদ মরুং ইম্না,— (১) বার্ত্তা বিচিত্রা—মশামক্কদি তৌদবা কৃষি বানিজ্যনচিংবা নিষিদ্ধ ওইদবা কর্ম্ম, (২) শালীন—ধার্ষ্ট্য য়াওদনা ফংবা অযাচিত দ্রব্য, (৩) যাযাবর—নুমিৎ খুদিংগী—ধান্য-যাচ্ঞা, (৪) শিল—লৌবুক্তা লৌপুনা হন্দোক্‌লমলবা ফা থুনবা অমসুং উঞ্ছন—কৈথেলনচিংবদা তাবা শষ্যকণা সংগ্রহ তৌবা। মরি অসিস্থ ব্রাহ্মণগী জীবিকানি, মথক মথককা য়েংনবদা মথা মথানা ফবা হেল্লি। হস্থবা জাতিনা আপৎ তাত্রিঙৈদা হেনগৎপা জাতীগী বৃত্তি লৌগদবা ওইদে; আপৎ কালদদি বৃত্তি পুম্নমক, পুম্নমক্তা তৌবা য়াই।

---

* তপস্যা— একাদশী উপবাসনচিংবা, শৌচ— পুক্নিং হকচাং শুদ্ধ ওইবা; তিতিক্ষা— মীগী অপরাধ থাংবা, ঈক্ষা অচুম চুমদগী বিচার, শম— পুক্নিং লাকশিনবা, দম— মপাঙগী ইন্দ্রিয় লাকশিনবা, ত্যাগ— দান, স্বাধ্যায়— মন্ত্রিক ওকপা জপ, আর্জ্জব— লৌখুপ লৌকোন নৈততবা, সন্তোষ— পেটহলনা, সদ্দৃকসেবা— সমদর্শী ওইবা সাধুশিংগী সেবা, বিপর্য্যয়েহেক্ষা— মীগী মনুকথোক্তা পাংদো তৌবা থবক্তা নিষ্ফলনি হাইনা খংবা, মৌন— হায়েম খাজোকপা, আত্মবিমর্শন— হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবদগী অতোপপা আত্মাগী মরম থনবা।

ক্ষত্রিয়দি আপৎকালদস্থু প্রতিগ্রহ তৌরোই। ঋত, অমৃত, মৃত, প্রমৃত অমদি সত্যানৃতনা মরম ওইদুনা ব্রাহ্মণশিংনা জীবনধারণ তৌবা য়াই। শ্ববৃত্তিনা করিগুম্বা মতমদসু জীবিকানির্ব্বাহ তৌগদবা ওইদে। ১৬—১৮

ঋত শব্দগী অর্থনা উঞ্ছন অমস্তুং শীলনি, অমৃতগী অর্থনা অযাচিত, মৃতগী অর্থনা নিত্যযাচ্ঞা, প্রমৃতগী অর্থনা কৃষি, সত্যানৃতগী অর্থনা বাণিজ্য অমস্তুং শ্ববৃত্তিগী অর্থনা নীচসেবানি। শ্ববৃত্তি হাইবসি য়াম্না জুগুপ্সিতনি, ব্রাহ্মণ অমস্তুং ক্ষত্রিয়না কদাইদসু মাগী স্বীকার তৌবিরোই। মরমদি—ব্রাহ্মণনা সর্ব্ববেদময়নি, ক্ষত্রিয়না সর্ব্বদেবস্বরূপনি। শম, দম, তপস্যা, শৌচ, সন্তোষ, ক্ষমা, ঋজুতা, জ্ঞান, দয়া, বিষ্ণুপরায়ণতা অমস্তুং সত্য পুম্নমক অসি ব্রাহ্মণগী লক্ষণনি। শৌর্য্য, বীর্য্য, ধৈর্য্য, তেজ, দান, আত্মজয় (পুক্নিং থুনমচনবা,) ক্ষমা, ব্রহ্মণ্যতা (ব্রাহ্মণবু লুনা তৌবা,) সত্য পুম্নমক অসি ক্ষত্রিয়গী লক্ষণনি। দেবতা গুরু অমস্তুং ত্রিবর্গগী পোষণ, আস্তিক্য, নিত্য—উদ্যোগ, নৈপুণ্য পুম্নমক অসি বৈশ্যগী লক্ষণনি। প্রণাম, শৌচ, অকপটস্বামি-সেবা, অমন্ত্রযজ্ঞ, অচৌর্য্য, সত্য, গোব্রাহ্মণরক্ষা অসিগী মথৈনা শূদ্রগী লক্ষণনি। ১৯—২৪

মপুরোইবগী সেবা, মপুরোইবগী ফোরোই ইনবা, মপুরোইবগী বন্ধুশিংগী অনুবৃত্তি ওইবা, মতম নৈরবথিবিক্তা পতিগী নিয়ম ধারণ তৌবা, কয়ামুক অসি পতিব্রতা ওইবীশিংগী লক্ষণনি অমস্তুং ধর্ম্মনি। সতী ওইবী নুপীশিংনা সম্মার্জ্জন উপলেপন, গৃহভূষণ, গৃহগী সুগন্ধি ওইনবা তৌবা, মুখিং খুনিংগী মুমগী পোৎচৈ লুনবা তৌবা, থবক পুম্নমক অসি তৌদুনা মথা নৈতেংদুনা মথল মথা অদোম্বা ভোগ্য পিবা, নোল্লুকপা ইন্দ্রিয় লাকশিনবা, ফজবা হাঙাং অমস্তুং প্রেমপ্রকাশনা মরম ওইদুনা পতিসেবা তৌগনি। নুপী ওইবীনা পেহেনবী, লোনম নৈতবী, হৈশিংবী, থবকথংবী, তপথবী, শুদ্ধা, অমস্তুং স্নিগ্ধা ওইনা মপুরোইববু নিংগনি। হে রাজন্! নুপী অদুনা লক্ষ্মীগুম্না মপুরোইবদা পরায়ণা ওইদুনা হরিভাবত্তা পতিগী সেবা তৌবী মহাক অদুনা বৈকুণ্ঠ ধামদা হরিগী মণক ওইবা মপুরোইবগা লোইননা লক্ষ্মীগুম্না নুংঙাইবা ফংই। ২৫—২৯

অন্ত্যজ অমস্তুং অন্তেবসায়ী সঙ্করজাতীয়শিংনা চৌর্য্যবৃত্তি অমস্তুং পাপকার্য্যবু পাম্নবা ওইনা কুলগী মথং মথং লাক্লিবা বৃত্তি অদু তৌদুনা মতম লেনগনি। ডোবি, মোচি, ডুম, অসিনচিংবনা অন্ত্যজনি, অদুগা চণ্ডাল পুক্কস মাতঙ্গনচিংবনা অন্তেবসায়ীনি। ৩০

মীওইবশিংগী স্বভাবকী মতুং ইন্না যুগ যুগ থুদিংদা অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদু ভম্মিবা বেদদর্শী ওইবা পণ্ডিতশিংনা হাই, অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদুতনা ইহকালদা অমসুং পরকালদা মথোইগী মুংঙাইনবগী হেতু ওই। স্বভাবকী মতুং ইন্না ভম্মিবা বৃত্তি অদুনা জীবন লেন্দুনা নিজকর্ম্ম তৌরগা মথং মথং স্বাভাবিক কর্ম্ম থাদোক্নুনা— জীবনা নিগুর্ণত্ব ফংই। লৌবুক অদুদা হন্না হন্না মরু হুন্নবা অদুগুম্বা লৌবুক অদু মথন লৈহাও লৈতবা হাইবদু ওইরকই, অমুক হন্না মহৈ মরোং পোকহনবা ঙম্মক্তে; হুনখিবা মরুসু মাংই। হে রাজন্! মী মী অদুগী বর্ণ খংহনবা অদুগুম্বা লক্ষণ অদু হাইখ্রে, বর্ণ অদুদগী অতোপ্পা মীদসু অদুগুম্বা লক্ষণ অদু লৈবা উরবা; অদু ওইরবদি মহাক অদুবুসু অদুগুম্বা বর্ণ অদুনি হাইনা নির্দ্দেশ তৌবা য়াই। চুম্নগী জাতিত য়েংদুনা নিন্দা, পূজা, ব্যবহার তৌগদবা ওইদে। ৩১—৩৫ ইতি (শ্রীভা০ ৭।১১ অ০)

হিন্দু মুসলমান বৌদ্ধ জৈন শিখ খৃষ্টান্ অসিনচিংবা পুম্নমক অসি ধর্ম্ম ঙাক্তনি। করিগুম্বা ধর্ম্ম অমনা ফগুবা শিক্ষা পিবা লৈত্রে, ধর্ম্ম হাহবা মিং অসি কৌরিবা অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদো সত্যগী মথক্তা প্রতিষ্ঠা তৌরিবনি। অমসুং সত্য ওইবনা মতম কুইনা লেপ্তুনা লৈরিবনি। ভাইবংমী হাইবসি, ভাবিষ্যৎ— ওইরক্কদব উবা ঙমদ্রবসু হৌখিবা— অতীত অমসুং ওইরিবা— বর্ত্তমানদি উবা ঙাকনি, অদুদা বুদ্ধিগী তারতম্য নাইবগী অদুক খর থেম্নবা নিংথিনা উবা রাংনা উবা কাউখিবা অমসুং ভ্রম, অসিনচিংবদি লৈ। অদুগা মাংদা বর্ত্তমান ওইরিববু ইউ উদব অমসুং লোইখিবগা হেক হেক কাওবা মীদি লৈরবসু য়াম্মোই। মহাত্মা বিদ্বানশিংদি তুংদা ওইরক্কদবসু য়াম্না লাপ্না উবা ঙমই। অসিগুম্বা মথল মথা অয়াম্বা মী পুম্নমক্না তিল্লিবা পৃথিবীগী জনসমাজ অসিগী মীংকী মমাংদা কদিগুম্বা ওইদবা পোৎ অমনা অওইবা শাদুনা অসত্যনা সত্য শাদুনা মতম কয়া লৈবা ঙমগনি? ধর্ম্ম অদুনা সমাজ-সম্প্রদায় অমবু পুদুনা মতম কুইনা লেপ্তুনা লৈরিবা মদো, সত্য ওইদ্রবদি কদেঙৈদসু কুইবা য়ারোইদবনি। ধর্ম্ম অদুদা পোকলক্লিবা অমসুং বর্ত্তমান ধর্ম্ম অদু চৎলিবা মীনা ঐগী ধর্ম্ম অসি ফত্তমাগ্নে, মাগী অসিনা ফব মাগ্নে, মাগী সিদি ফত্তপোৎনি, ঐগীসিনা মাগীসিবুদি, অসিনচিংবা অমনা অমবু উপেক্ষা তৌবা ভাব; ধর্ম্ম অমা চত্তুনা ধার্ম্মিক ওইরিবা মী অমনা কদোঙৈদসু তৌফম থোক্তে। ঈশ্বরগী মরমদসু দেবতা অমবু উপাসনা তৌরিবা উপাসক ভক্ত অমনা কদোঙৈদসু দেবতা অমবু নিন্দা তৌবা

হৌনদে। ( ভজন্তে হ্মনসূয়বঃ শ্রীভাং ১।২।২৬ ) অমসুং থাজৈশেংবা উপাসক ওইবা মীনা কদৌঙৈদসু তৌবা উদে। ধর্ম্ম হাইদুনা লৈরিবা পুম্নমক অসি ঈশ্বরদগী লাকপনি, চুম্না লাইরিক হৈবনা ধর্ম্মশাস্ত্র লেংবা ঙমদে, ঈশ্বরসিদ্ধ ওইরবা ঈশ্বরগা থংনবা অম্না লৈরবা মহাপুরুষশিংনা ঈশ্বরদগী লাকপা স্মৃতি অদু লেংশিনবিরম্বতনি। অদুনা ধর্ম্ম শাস্ত্রবু স্মৃতি হাইনা কৌই ( ধর্ম্মশাস্ত্রন্তু বৈ স্মৃতিঃ মনু ২ অং )। মহাত্মাগান্ধিনা হাই— জৈসে অনেক নাম হো'ত পর ভী ঈশ্বর এক হী হৈ', বৈসে হী অনেক নাম হোতে হুএ ধর্ম ভী এক হী হৈ'। ক্যোং কি সারে ধর্ম ঈশ্বরসে আয়ে হৈ'। অগর য়ে ঈশ্বরসে নহী' আয়ে হৈ' তো য়ে নিকম্মে হৈ। জো ধর্ম ঈশ্বরকা নহী' হৈ রহ শৈতানকা ধর্ম হৈ ঔর রহ কিসি কামকা নহী' হো সকতা।

( ২৬ এপ্রিল ১৯৪৭ সাপ্তাহিকবিশ্বমিত্র )

ঐখোইগী সনাতন ধর্ম্ম অসিগী মনুংদা সম্প্রদায় কয়া থোক্লি, গৌরীয়—ধর্ম্মাবলম্বী হাইদুনা লৈরিবা ঐখোইনা চৎলিবা ধর্ম্ম অসি উক্ত সনাতন ধর্ম্মগী মনুংচনবা মাধ্বসম্প্রদায়গী অন্তর্গত ওইবা ধর্ম্মণি। বৈষ্ণব সম্প্রদায় মথল মরি লৈ। মদুনি— ( ১ ) বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ ( ২ ) দ্বৈতবাদ ( ৩ ) শুদ্ধাদ্বৈতবাদ ( ৪ ) শাঙ্করাদ্বৈত অসুম্না মথল মরি লৈ। মসিদগী অতোপ্পা সম্প্রদায় অদ্বৈতবাদ, পাতঞ্জলযোগ, কেবলাভক্তি, কেবলযোগ, কেবলব্রহ্মজ্ঞান হাইবা সম্প্রদায় কয়াসু লৈরি। পুম্নমক অসি— সনাতন ধর্ম্ম ঙাক্তনি। সম্প্রদায় পুম্নমক অসি স্মৃতিশাস্ত্র— ধর্ম্মশাস্ত্র, বেদ, পুরাণ,

---

( ১ ) সম্প্রদায় অসিগী আচার্য্যদি শ্রীরামানুজাচার্য্যনি মহাক্কী মততি চিৎ ওইবা জীবনে অচিৎ ওইবা জগৎনে অনিনা তিনবা ঈশ্বর হাইবদো অমততনি হাইদুনা মহাককী মতপু "বিশিষ্টাদ্বৈতবাদ" কৌই। ভক্তিনা প্রধান ওইবা মততনি।

( ২ ) সম্প্রদায় অসিগী আচার্য্যদি শ্রীআনন্দতীর্থ মাধ্বাচার্য্য কৌই, মাগী মততি ঈশ্বরগে জীবনে অনি অসি তিন্নদে তোঙান তোঙানবনি হাই, মসিবু "দ্বৈতবাদ অমসুং দ্বৈতী সম্প্রদায়" হাইনা কৌই অমসুং মাধ্বাচার্য্যনা হোৎলোকপনি হাইদুনা মাধবাচার্য্য সম্প্রদায় হাইনসু কৌই। ভক্তিনা প্রধান ওইবা মততনি।

( ৩ ) সম্প্রদায় অসিগী আচার্য্যদি শ্রীবিষ্ণুস্বামী কৌই, মহাককী মততা মায়া পঙবা শুদ্ধজীবগা পরং ব্রহ্মগা অমততনি চাই অদুনা "শুদ্ধাদ্বৈত" হাইনা কৌই। জীবগা ঈশ্বরগা অমতা ওইবা মতংদি— মৈগী মৈরিক থোরকপগুম্না ঈশ্বরদগী জীব শিবিক থোরকই, অদুনা ঈশ্বরনা মৈগী মশক ওইরে, জীবনা মৈরিককী মশক ওইরে, মৈগা মৈরিককদি মশা অমততনি। ভক্তিনা প্রধান ওইবা মততনি।

( ৪ ) সম্প্রদায় অসিগী আচার্য্যনা নিম্বার্কাচার্য্য কৌই, মহাককী মততা জীব, জগৎ, ঈশ্বর হাইবা অহুম অসি তিন্নদে। ঈশ্বরনা জীবনে জগৎনে অনিমক আশ্রয় তৌদুনা লৈ হাই, অদুনা মত অসিবু "শাঙ্করাদ্বৈত অমসুং দ্বৈতাদ্বৈতী" হাইনা কৌই। মাগী মতসু ভক্তিনা প্রধাননি।

শ্রীমদ্ভাগবত, শ্রীভগবদগীতাগী ধর্ম্ম মাণিদা ভাক্তনি, অদুদা ভগবৎপার্ষদ কেন্নদা মত থর থর থেন্নবতনি। অদুসু অয়াম্বদা মান্নবনি, থেন্নবগী শরুক্তি থক্সিক্তনি; মুপা অমগী মনুংদা অনা তুরামক্তা মান্নবগা অনা অমত্তা থেন্নবনি। থেন্নদিবা অদুসু অওইবা অচুম্বা ভাক্তনি, খুদমদি নুডঙ চারগা অমনা যীনা প্রধাননি হাইবা অমনা পেমননা প্রধাননি হাইবা অমনা চিংনা প্রধাননি হাইনা নিংবা অদুশুম্বতনি। আচার্য্যশিং অদুনা ঈশ্বরগী মরমদা লেপ্লম্মিবা অদু, সর্ব্বশক্তিমান্ পরম-কারণ পরমেশ্বর শ্রীভগবানদা ওইবা ভাক্তনি। অদুগা সাধারণ মীওইবগী বুদ্ধিদি অদুপকীমথৈ থনবা ঙম্বা হাইবা মীমা অমগী মনুংদা লৈবনি, সামা অদুগী বাংমদা লৈথিবড়াদি অমম্বা ওইবনি। অদুনা মহাক্কী কৃপা লৈতনা মীওইবগী সীমাবদ্ধ ওইবা বুদ্ধিনা সীমা লৈতবা পরব্রহ্মগী সামর্থ্যগী অমিসংৈবনি হাইদুনা থনবগী পাঙ্গল দরিসু লৈতে। মীনা অদুপকীমথৈ থনবা ঙমবা চিন্তা অমদি ধারণাশক্তি অদো পরমেশ্বরগী চাংনম্লিংঙাক লৈতবা সীমা লৈতবা বিভূতিশিংগী মথক্তদা লৈবা মরমনা অদুশুমবা পরমেশ্বরগী মহিমা অদো জীবশিংগী মরীদা অচিন্ত্যনি।

বৈষ্ণব সম্প্রদায় মরি আস, অমতা মাওনা থাকার শ্রী, ব্রহ্ম, রুদ্র, সনক— চৈৎনিরবা মাগমক্ত ভুবা চ,ক। মসুন্দি, প্রমেয়রত্নাবলীদা:—

"রামানুজং শ্রীঃ স্বীচক্রে মধ্বাচার্য্যং চতুর্মুখঃ।
শ্রীবিষ্ণুস্বামিনং রুদ্রো নিম্বাদিত্যং চতুঃসনঃ॥"
(পদ্ম পুরাণ)

তত্র স্বগুরুপরম্পরা যথা—
শ্রীকৃষ্ণ-ব্রহ্ম-দেবর্ষি-বাদরায়ণসংজ্ঞকান্।
শ্রীমধ্ব-শ্রীপদ্মনাভ-শ্রীমন্নৃহরিমাধবান্॥
অক্ষোভ্যজয়তীর্থ শ্রীজ্ঞানসিন্ধুদয়ানিধীন্।
শ্রীবিদ্যানিধিরাজেন্দ্র-জয়ধর্ম্মান্ ক্রমাদ্ বয়ম্॥
পুরুষোত্তম-ব্রহ্মণ্যব্যাসতীর্থাংশ্চ সংস্তুমঃ।
ততো লক্ষ্মীপতিং শ্রীমন্মাধবেন্দ্রঞ্চ ভক্তিতঃ॥
তচ্ছিষ্যান্ শ্রীশ্বরাদ্বৈতনিত্যানন্দান্ জগদ্গুরূন্।
দেবমীশ্বরশিষ্যং শ্রীচৈতন্যঞ্চ ভজামহে।
শ্রীকৃষ্ণপ্রেমদানেন যেন নিস্তারিতং জগৎ॥

শ্রীগুরুগী য়াথংনা থাহেন্না অমগী মখে য়োবা তৌবা মতমগী মথক্ত পরমেশ্বরগী মহিমাদা বিস্তার ওইদুনা লৈবনা পুক্নিংনা য়াথংবা মহাকপু য়োবা ঙমদে, হায়বসি শ্রুতিনা স্পষ্ট ওইনা উৎলি। "যতো বাচো নিবর্তন্তে অপ্রাপ্য মনসা সহ"। হায়বসি মহাক্কী বিষয় অদু হায়গে হায়দুনা তোক্লবদা য়াথংনা পুক্নিংগা লোইননা মহাকপু ফংদুনা হল্লকই।

মতাং অসিদা বেদগী মন্ত্র অমত্তং উল্লেখ তৌজনিংই। মসিদি :—

ওঁ সহস্রশীর্ষাঃ পুরুষঃ সহস্রাক্ষঃ সহস্রপাৎ।
স ভূমিং সর্ব্বতো বৃত্বা অত্যতিষ্ঠদ্দশাঙ্গুলম্॥
(পুরুষ-সূক্তপ্রথমমন্ত্রঃ)

পুরুষঃ (ভগবান্) সহস্রশীর্ষাঃ (অনন্তশিরোভির্যুক্তঃ অনন্তশক্তিশালী) সহস্রাক্ষঃ (অনন্তচক্ষুঃ সর্বাধীশঃ, অনন্তজ্ঞানসম্পন্নঃ, সর্বজ্ঞঃ) সহস্রপাৎ (সর্বত্র বিদ্যমানঃ, সর্বব্যাপকঃ) ভবতি; সঃ (স পুরুষঃ) ভূমিং (ব্রহ্মাণ্ডং) সর্বতঃ (সর্বভাবেন) ত্বা (সমন্তাৎ, সর্বদিক্) বৃত্বা (পরিবেষ্ট্য, (অতিক্রম্য বর্ত্ততে)। সর্বঃ বিশ্বঃ ভগবতঃ একাংশেন অবস্থিতঃ, স সর্বশক্তিমান্ সর্বজ্ঞ ইতিভাবঃ।

ভগবানদ সহস্রশীর্ষনি, হায়বসিদা কনাগুম্বা ব্যাখ্যাকারণা হায় ভগবানদি অনন্ত স্বরূপনি, জগৎকী জীব পুম্নমক্ক কোক পুম্নমক মহাক্কী কোকনি, অদুনা মশিং থাকপা ঙমদবা কোক্না মহাক্কী ওহ অসুম্বা, পরব্রহ্ম ভগবান পরমেশ্বরগী মহিমাদি মতৌদু লোইরোই। শব্দব্রহ্ম বেদগী পদ অসিনা হংহনবদি মতুংগী হেনবা অর্থপুম্ব'হলি, অদুনা ইবুঙো মহাক্কি সর্বশক্তিমন্ননি, অসিনাওবা কনাগুম্ব আচার্যনা ব্যাখ্যা তৌই। মহাক্কি সহস্রাক্ষনি হায়বদি মহাক্কী দৃষ্টি মকম পুম্নমক শিনথুই, ভূত-ভবিষ্যৎ-বর্তমান, আদি-অন্ত-মধ্য, সৃষ্টি-স্থিতি-প্রলয়, পুম্নমক অসি মহাক্কা দিব্যচক্ষুনা মতম পুম্নমক্তা চপমান্ননা উই। জগৎ হায়বসি মহাক্কী জ্ঞানগী মনুংদা লৈ, মহাক্কি দেশ কালগী মথক্তা হেন্দোক্লা লৈবা মরমনা দেশ কালনা মহাকপু চাং তশ্না ঙমদে। মহাক্কী মফমদা ভূত লৈতে, ভবিষ্যত লৈতে, সুপ্নগী অনন্ত নিত্য-বর্তমানতা মরৈ, মরম অদুনা সীমাবদ্ধ ওইবা জীবগী মরীদা ওইরিবা অদুগুম্বা ভূত ভবিষ্যৎ অদো, মহাক্কী অনন্তজ্ঞানগী মাংদা মতমখিবিক্তা বর্তমান ওইনা লৈ। মকম পুম্নমক্তা মতম লৈবা খিবিক্তা থোকখিবা, থোকলক্কদবা, থোক্লিবা মরম পুম্নমক মহাক্কী জ্ঞানদদি বর্তমান ওই।

ইবুঙো মহাক্কি সহস্রপাৎনি, হায়বদি — সর্বব্যাপকনি; সুপ্নগী অনন্তকোটি ব্রহ্মাণ্ডগী

মণুংদা সর্বব্যাপক ওইবা নত্তে, ব্রহ্মাণ্ড খিবিক্কী হেন্নোকপ্নবা বৃহত্তম মহত্তমনি। মহাক্না ব্রহ্মাণ্ডগী মশাঙুলি অধিক ওইনা হেন্নোক্না লৈ হাইবগী অর্থদি, মহাক্কি শুপ্নগী ব্রহ্মাণ্ডদা নত্তে, মচুপগী হন্না চাওনা হাংনা শিন্দুনা লৈ, মাইকৈ অমা মক্তা মহাক নত্তনা আতে করি অমত্তসু লৈতে। সর্বেশ্বর ওইবা ইবুঙো মহাক্না সর্বরূপ ওইদুনা মকম পুম্নমক্তা বিরাজমান ওই। ইবুঙো মহাক্কি শিকপদগী মহাক্না মশিকলে, চাওখদগীসু মহাক্না মচাওরে, অণোরণীয়ান্ মহতো মহীয়ান্ মতৌ অসুম্না অচিন্ত্য ওইবা মহাক্কী গুণনি। শিকপ্নবা জীব অমগী থমোইদসু মহাক্না। ইকোম কোমনা অদুমক লৈরে, পরমাত্মাগী মশক ওইনা জীব পুম্নমক্কী থমোইদসু লৈ, মপান্দসু বিশ্বময় ওইদুনা লৈ, অদুগী মরক্তসু সচ্চিদানন্দঘন ওইনা অয়াম্বা রূপ খিবিক লৌদুনা যুগ যুগ থুনিংদা অয়াম্বা মতমদা মশিং নাইদনা অবতার ঔদুনা পাপীশিংবু দমন তৌই, সাধুশিংবু পরিত্রাণ তৌই, ধর্মবু সংস্থাপন তৌবি। জগৎকী স্থিতি মর্য্যাদা পালন তৌদুনা অনন্তকাল ওইবা ইবুঙো মহাক্না শামরি।

অসুম ওইবা ইবুঙো মহাক্কী নামবিবিক গুণলীলা খিবিক শকচ শোনজবনচিংবা ভক্তি তৌজগা কানভদরবা সংসার সমুদ্রবু পার তৌদুনা অরাবা অকীবা লৈত্রবা মচুদগী হেন্না নুংঙাইবা অমা লৈত্রবা উত্তমপদ কৈবল্যধাম কোব্লা ইবুঙো মহাক্কী পদবী অদু ফংনে।

শ্রীমদ্ভাগবতনা বেদবু পাম্বীগী মশক ওইনা রূপক তৌদুনা থংহল্লি। উচেক হাইবসি পাইগনবম্বু খোইরুবগা মাগী আশ্রয়বৃক্ষদা হপ্লিনকই। মতৌ অদুগুম্না শব্দব্রহ্মনা নানাপ্রকার অনন্তজ্ঞান উৎপিরিবা পুম্নমক্কী ইচেল অদো চেন্থিদুনা জগদাধার পরমাশ্রয় ওইবা পরমেশ্বরদা তিনবা ঙাক্কনি। প্রথম অমদি মরুভূমিদা চৎপা মীনা থক থা ভুনা মৈশা লাংলবা মতমদা খোয়াংবনা প্রাণ থাংবা তারবদা রাখল লৈবা পাবিকনা পাঙ্গল থর লৈরিবদা আকাশদা পাইরিবা উচেকী মতুং ইন্না চৎলি। উচেক অদুনা মাগী আশ্রয় বৃক্ষ যৌননবা পাইদুনা চৎলি, অদুগী তুংদা উচেক্না মাগী আশ্রয় বৃক্ষ ফংবগী মতুং ইন্না পথিক অদুসু বৃক্ষ ফংই। উ লৈরবদি উরুম লৈরে, মরুভূমিদদি উ হেনবা হোনদে, উ হেনবা মফমদি ঈশিং লৈবা হোনবনিনা ইশিংসু ফংদুনা শান্তি ফংই। মতৌ অদুগুম্না বেদস্বরূপগী অনুগত ওইরগা পরমাশ্রয় পরমেশ্বরবু ফংই, অসুম্না তৃতীয়স্কন্দা বর্ণন তৌরি। তৌইগুমবসুং বেদগী ভাবাদি য়াম্না গূঢ়ার্থ ওইবা ভাবাদি, মহাক্কী মর্মার্থদি সাধারণগী অচিন্ত্যনি থংবা তম্লবোই। করম তৌরগা জন সাধারণনা হংবা ওম্বগে হাইবগী খনবিদুনা ভগবানগী কলানা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাস

হাইনা অবতার তৌরুনা বেদবু মথিংথাকনা বিস্তার তৌবি ; পুরাণ থিবিক লেংবি, বেদগী শ্রবণ অধ্যয়ননাচিংবগী অধাকার লৈতবা স্ত্রী-শূদ্র-দ্বিজ বন্ধুশিংগী অনুগ তৌনবা শ্রেয়ঃ ওই হাইবা বেদজ্ঞান মতাং থিবিক্তা উৎপা মহাভারত কৌবা মহৎ আখ্যান ওইবা গ্রন্থরু লেংবিরম্মি। মতুংদু ব্যাসগী আত্মতৃপ্তি ওইদ্রবদা দেবর্ষি নারদগী উপদেশদগী হরিগী গুণনা প্রধান ওইবা বেদ কল্পবৃক্ষগী রস ভাক্তা ভাইরবা ফলগী মখক ওইবা মহাপুরাণ শ্রীভাগবত লেংথি। মতুংদা বেদব্যাস কৃতকৃত্য ওইরে হাইবা ভাব, পোক্তুনা আত্মতৃপ্তি ওইখি। অমসুং অয়াম্বা আর্য ঋষিশিংনা ভগবানগী অনুকম্পানা বেদগী মর্ম্মার্থ উৎনা সরল—সংস্কৃতনাভাষানা অয়াম্বা গ্রন্থথিবিক জীবগী মঙ্গলগীদমক্তা লেংবিরম্মি।

ঐখোইগী সনাতন ধর্ম্মগী সম্প্রদায়শিং অসিনা চৎলিবা ধর্ম্ম-শাস্ত্র স্মৃতি-শাস্ত্র হাইবসি বেদবু অপেক্ষা তৌনা চৎলি। শ্রুতিপ্রমাণকো ধর্ম্মঃ হাইবদি বেদনা প্রমাণ ওইরিবত্র ধর্ম্মণি, বেদবিরুদ্ধ ওইরবদি ধর্ম্ম নত্তে। অদুনা ফল থাম্না মতিক চাওরবা মহাত্মা ওইসমু মশাক্কী বচন অদুদা বেদগী বিরুদ্ধ ওইবা কৈরম্মবদি মাত্ত লৌদে। স্মৃতি পুরাণ ইতিহাসনাচংবা শাস্ত্রশিং অসিবু মতম কুইরবদগী অয়াম্বা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়-শিংবগী মনুংদা পণ্ডিত ওইবশিংনা অসুপ থাম্না আদর তৌনরিবা অসি বেদবিরুদ্ধ ওইদবা মরমনা শাস্ত্রশিং অসিগী শাস্ত্রার্থ তাৎপর্য্য খংবা পণ্ডিতনা শাস্ত্রশিং অসিবু অবজ্ঞা তৌফম লৈত্রদুনা আদর তৌরবনি। মতম খোংলৈনা কুপ্পুনা থর মমশিরবদু পুম্মাং মাংবদি কদোইদেদসু ওইরোই। সুংথিনদা নোংমংদুনা থর মম্মবসু সূর্য্যনারায়ণসি খোংচৎ কাইদনা অদুমক লৈ, লৈচিন নোং অদু কোকখুগা অমুক ভাক্লোকই। অদুগুম্না সনাতন ধর্ম্ম অসি অনাদি কালদগী চৎলকপনি, অনন্তকাল ফাওবা চৎকনি, অদুনা মহাকপু সনাতন কৌবনি। পৃথিবী অসিদা প্রসিদ্ধ ওইরিবা ধর্ম্ম পুম্নমক আস অমনা অমবু নিন্দা তৌবা লৈতে। মী মহাক অদুনা ধর্ম্ম অদুদা পোকলকপা অমসুং বর্ত্তমান ধর্ম্ম অদু চওনা লৈরিবা অদুগুম্বা মী অদুনা কনাগুম্বা ধর্ম্ম অমবু সেবতা অমত্ত, নিন্দা তৌবা লৈতনা মশাগী স্বধর্ম্ম অদুদা মুথা য়েংশিন্দুনা মতুংদা ঐকান্তিক ওইনা চৎলগা আত্মশ্রেয়ঃ ওই। ধর্ম্ম অমগী অধিকারী ওইদুনা লৈরগা বিধর্ম্ম অমগী শাক্তং চৎ নামনা অমা পু, মশানা অমা ওইরবদি মহাক্তা তেরিবা পুম্নমক মিথ্যা ওইরে, অধর্ম্ম ওইরে, মশাগী মাংনবা হু ওইরে ; অদুনা থোইদোক্না অকীবনী মশক্নি। 'পরধর্ম্মো ভয়াবহঃ' গীতা। কলিগুম্বা মতমদসু খণশিংবু সেবতাশিংবু বেদবু ব্রাহ্মণবু সাধুশিংবু ধর্ম্মবু অমসুং ভগবানবু য়েক্লগদবা ওইদে। মী মহাক অদুনা

করিগুম্বা হাইরিবশিং অসিদা বিদ্বেষ তৌরবা মহাক অদো কাননা প্রাপ্ত তৌরবনি, মহাকী বিনাশ কাল নকলবনি হাইনা খংবে।

যথা দ্বাদশ স্কন্ধে:—

যথা দেবেষু বেদেষু গোষু বিপ্রেষু সাধুষু।
ধর্ম্মে ময়ি চ বিদ্বেষঃ স বা আশু বিনশ্যতি॥

---



## মঙ্গল।

### তৃতীয় সোপান।

জীব হাইবসি পরমেশ্বরগী শক্তি অমনি, মহাপ্রভু ক্ষেত্রজ্ঞ শক্তিসু কৌই তটস্থা শক্তিসু কৌই জীব শক্তিসু কৌই। ভগবানগী শক্তি অহুমনি,—পরা, ক্ষেত্রজ্ঞ অমসুং মায়া; শক্তি অহুম অসিনা প্রধাননি। ভগবানগী অনন্ত প্রকার শক্তি, উক্ত শক্তি অহুম অসিগী মনুংদা যথাস্থলদা অন্তর্ভাব ওই। যথা—

বিষ্ণুশক্তিঃ পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথাপরা।
অবিদ্যাকর্ম্মসংজ্ঞান্যা তৃতীয়াশক্তিরিষ্যতে॥
(বিষ্ণুপুরাণ ৬।৭।৬০)

মহাক অদুবু যোগীশিংনা ব্রহ্ম কৌই, অন্তর্যামি ওইনা প্রকাশ ওইবিরকপা মহাক্পু অষ্টাঙ্গযোগীশিংনা পরমাত্মা কৌই, অমসুং সর্বশক্তিমান্ ওইবা ষড়গুণ ঐশ্বর্য্য শ্রীভগবদ্রূপ ওইনা প্রকাশ ওইবিবা ইবুঙো মহাকপু ভক্তশিংনা ভগবান্ হায়না কৌই।

"ব্রহ্ম" "পরমাত্মা" অমসুং ভগবান্ অসুম্না অহুম থোক্না প্রকাশ ওইদুনা লৈরবদা অনিশুদে অমগুনি হাইবসিদি করম্না ওইবগে হাইবদা, চিৎসাম্মুখ্য ফংইবা জীবগী অধিকারগী তারতম্যগী ক্রমভনা থোকপনি। মসি পণ্ডিতশিংনা কাব্যগী বাবি অমনা ইঁরাই লাইনা উদাহরণ তৌদুনা থংহল্লি। মদুদি দেবর্ষি নারদনা রাজ লাম্পুবা বিমানপথদগী দ্বারকাদা কুম্মকলা মতমদা দ্বারকাবাসীশিংনা অহানবদা তেজঃপুঞ্জ অদু ওইনা উহ, অদুদগী থর নকশিলক্লবদা আকৃতি উরবদা কনাগুমবা দেহ পানবা জীব অমনি হায়না লৌগি! অদুগী তুংদা অমুক হেক্না নকশিল্লবদা নিপা অমনি হায়না খংভে, অদুদগী থাক্লেংলেংনা শকউনরবা কান্দা মহাকপু নারদনি হায়না খংখি। দেবর্ষি নারদদি অমগুনি, অদুবু দ্রষ্টাগী দৃষ্টিগী অধিকারগী মতুংইন্না মথং মথং তেজোময় দেহপানবা জীব, নিপা অমসুং নারদ অসুম্না প্রধান ওইনা মরিথোক্না প্রকাশভেদ ওইখি। অদুগুম্না অমত্তা ওইবা জ্ঞানতত্ত্ব অদো সাম্মুখ্য ওইরবদু দর্শকশিংগী দৃষ্টিগী যোগ্যতানুসার ওইনা মথং মথং 'ব্রহ্ম' 'পরমাত্মা' 'ভগবান্' অমসুং ভগবত্তাবেকী পূর্ণতমস্বরূপ "স্বয়ং ভগবান্" অসুম্না প্রধান ওইনা প্রকাশভেদ মথম মরি থোক্নু ভানবি। অদুদি, ব্রহ্ম পরমাত্মা অমসুং ভগবানগী লক্ষণদি হাইখ্রে, স্বয়ংভগবানগীদি হাইখিদ্রে, 'স্বয়ং ভগবান্'দি করামো হাইবদা শ্রীভাগবতনা থংহনবি। মদুদি—

এতে চাংশকলা পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে ॥

(প্রথমস্কন্ধে)

হাইবদি—মগক্তা হাইখ্রবা অবতার পুম্নমক অসি পরমাত্ম পুরুষাবতারগী কলাগা অংশনা ওই কনানা কলানা ওই, শ্রীকৃষ্ণদি অংশকলা নত্তে স্বয়ং ভগবাননি। হিংচাবনা অমদি কামক্রোধনচিংবনা বাহল্লবা লোকপু যুগ যুগ যুদিংদা অবাবা কোকহন্দুনা সুখাইহনবি।

মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণতনা পরিপূর্ণ ওইবা অদ্বয়জ্ঞানতত্ত্বনি। ব্রহ্ম, পরমাত্মা অমসুং নারায়ণনচিংবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশভেদ কাক্তনি। শ্রীভগবানগী চিন্ময়গী

অমনি চিজ্জ্যোতিগী নির্বিশেষ অমদি নির্গুণ প্রকাশ অদুমক "ব্রহ্ম" হায়না কৌই। "অনীহং যদ্বিধানক পরব্রহ্মেতি শব্দিতম" (৮ম স্কন্ধে)। অমদুং অদুবো শক্তিমানদুগী অঙ্গ কান্তি ওইবা স্বয়ংভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীঅঙ্গগী চিজ্জ্যোতিঃ অম দ চিদ্বিভূতি অদুমক 'ব্রহ্ম'-শি অদুবা উপনিষদ্‌তা হাইবা অদুমক শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মরল ওইবা তাথাগা উৎনি।—

তাঁহার অঙ্গের শুদ্ধকিরণমণ্ডল।
উপনিষদ্ কহে তাঁরে ব্রহ্ম সুনির্ম্মল॥
(শ্রীচৈ০ আ০ ২ প০)

অমদুং ব্রহ্মসংহিতাগী পঞ্চমঅধ্যায়দসু প্রমাণ অসি ব্রহ্মস্তুতিদা উবা ফংই,—

যস্য প্রভা প্রভবতো জগদণ্ডকোটী—
কোটীষশেষ-বসুধাদি-বিভূতিভিন্নং।
তদ্ব্রহ্মনিষ্কলমনন্তমশেষভূতং,
গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি॥
(ব্র০ সং ৫ অ০)

হাইবদি, কোটী কোটী ব্রহ্মাণ্ডদা অশেষরূপ ওইবা বসুধানচিংবগী মশক ওইবা বিভূতি খিবক্লা মরম ওইদুনা তেদগী মওং ওইবা; অদুগুম্বা নিষ্কল (পূর্ণ) ওইবা অনন্ত (অপরিচ্ছিন্ন) ওইবা অশেষ ওইবা ব্রহ্মগা হৌবুদো মহাকী প্রভা অঙ্গকান্তি ওইবা অদুম ওইবা আদিপুরুষ শ্রীগোবিন্দবু ঐনা (ব্রহ্মাগা) ভজন তৌই।

কোটী কোটী ব্রহ্মাণ্ডে যে ব্রহ্মের বিভূতি।
সেই ব্রহ্ম—গোবিন্দের হয় অঙ্গকান্তি॥
(শ্রীচৈ০ আ০ ২ প০)

ষড়ৈশ্বর্য্যপরিপূর্ণ লক্ষ্মীকান্ত ভগবান্ শ্রীনারায়ণবু স্বয়ং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অভেদ স্বরূপনি, একবিগ্রহনি, আকৃতিতা বিভেদ ওইবনি শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমূর্ত্তি অমনি হায়না শ্রীভাগবততা বর্ণন তৌরি।—

নারায়ণস্ত্বং ন হি সর্ব্বদেহিনা—
মাত্মাস্যধীশাখিললোকসাক্ষী।
নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলায়না—
ত্তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মায়া॥
(শ্রীভা০ ১০ স্কন্ধে ১৪ অ০)

বিষ্ণুশক্তি হাইবসি মথল অহুমনি। পরা হাইবদি ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী স্বরূপ, অন্তরঙ্গা স্বরূপশক্তি কৌবী শক্তি অমা, ক্ষেত্রজ্ঞা হাইবনি অপরা জীবশক্তি অমসুং অবিদ্যানা মহাক্কী কাথা ওইবা বহিরঙ্গা মায়া কৌবী শক্তি অমা। জীবশক্তি অদুদা অসি চিদ্রূপা ওইরবসু স্বরূপশক্তিদগী তোপ্পা, অদুনা মহাকপু তটস্থা হায়নসু কৌই।

পরা, ক্ষেত্রজ্ঞা অমসুং মায়া কৌবী পরমেশ্বরগী শক্তি অহুম অসিবু শাস্ত্রনা মৈগী মঙান, মৈরিক অমসুং মৈখুগী মশক্কা প্রমাণ তৌই। পরাশক্তি অমদি অন্তরঙ্গা-শক্তি স্বরূপশক্তি কৌবী অসিনা মঙাননি, ক্ষেত্রজ্ঞাশক্তি অমদি তটস্থাশক্তি জীবশক্তি কৌবী অসিনা মৈরিকী মশকান, মায়াশক্তি অমদি বহিরঙ্গাশক্তি অসিনা মৈখুগী মশকান, মহাকপু জড়শক্তি হাইনসু কৌই। অদুগা শ্রীভগবাননা মঙুগী কারণ ওইবা অমগী স্বরূপনি। জীবশক্তিগা জড়শক্তি মায়াগা অনিগী সমষ্টিনা বিশ্ব—জগৎ ওই, অনিগী মরক্তা জীবনা চিৎকণ ওহনা মৈরিকী মশকনি অঙানবা স্বভাবনি, অদুগা মায়ানা অচিৎ—অচৈতন্যশক্তি ওহনা মৈখুগী মশকনি, কুপশিনবা মমশিনবা অমসুং অপ্রকাশস্বভাব ওই।

মৈরিকসু মৈগী শক্তিনি, মৈখুসু মৈগী শক্তিনি, অদুম ওইদুনসু মৈগী ভাবনা শাবনাচিংবা স্বভাব অদুনি মৈরিক্তা লৈ; মৈখুদা লেতে। অদুগুম্না জীব অমসুং জড় অনি অসি ঈশ্বরগী শক্তি ভাক ওইরবসু ঈশ্বরগী স্বরূপভাব অদু জীবদা লৈ, জড় হাইবদি মায়া শক্তিনদি লৈতে। অদুগা কারণ ওইবা মৈগী ধর্ম অদু কায় ওইবা মৈরিক্তসু লৈদি হাইববু মৈদনা পূর্ণ ওইনা লৈ, মৈরিক্তনা অংশ ওইনা খজিক্কা মরে। অদুগুম্না সচ্চিদানন্দনচিংবা ভগবানগী নিজস্বরূপকী ভাব পুম্নমক অদু ভগবানদা পরিপূর্ণ ওইনা লৈ, চিৎকণ ওইবা জীবদনা মরিক ওইনা লৈ। ঈশ্বরনা বিভুচৈতন্যস্বরূপান জীবনা অনুচৈতন্যস্বরূপনি। (মহান্তং বিভুমাত্মানং, কঠোপনিষৎ. এষ অণুরাত্মা' মুণ্ডকোপনিষৎ)।

ঈশ্বরের তত্ত্ব যেন জ্বলিত জ্বলন।
জীবের স্বরূপ যেন স্ফুলিঙ্গের কণ॥
(শ্রীচৈ০ আ০ ৭ পরি০)

মশানা সচ্চিদানন্দরূপ ওইববসু "জীব" কৌবা চিৎপরমাণুনা অনাদি- কালদগী পরমাশ্রয় পরমেশ্বরদগী বিমুখ ওইবা মরমনা মায়াগী অবিদ্যা কৌবা শাননা পুনস্তুনা মায়াগী কার্য, ওইবা দেহ গৃহদা চিংবদা "ঐ" "ঐগী" হায়বা আত্মজ্ঞান ওইরনা

শ্রীকৃষ্ণগী গোষ্ঠলীলাদা ওইবা অঙকপা, চুম্নগী সামান্যবালক অমা ওইনা চঙনা-চঙনা লৈবা, উনা য়াম্না লৈচঙ্গোংনচিংবা থেংচন, গোপবালকশিংগা লোইননা মখলখলবা অয়াম্বা অঙাংগী ক্রীড়া খিবিক শাম্বা, চঞ্চল ওইবা; অদুগুম্দি ওইরগা তৌরক-দরবা সুরাসুরগী ভয়ঙ্কর ওংবা তৃনাবর্ত্ত-সংহার, যমলার্জুন-ভঞ্জন, বৎসাসুরবধমাচিংবা লীলা খিবিক অদু পরমেষ্ঠী ব্রহ্মানা উরগা থোইদোক্না অঙকপা ফংলদুনা মতুংগী অতোপ্পা মনোহর ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা য়েংগে হাইনা নিংদুনা আক্না য়েংলুনা, শ্রীকৃষ্ণগী সখা গোপবালক পুম্নমক যমাও মচা পুম্নমক মায়াগা হুদুনা পুরগা মফম অমদা লোওখ্না থমখি। গোপমচা যমাওমচা পুম্নমক অমত্তা উত্রবদা বিস্মিত ওইবা ভগবাননা, মথং ব্রহ্মানা তৌরিবান হাইবদু খুদক্তা খংখি। ব্রহ্মানা হুইন, লোৎখি, মানা নিংবা তেক্কসন্ন হাইদুনা মদোমদা অমুক য়েংঙবা তৌখিদে। সুখিৎ অদু শ্রীবলদেবকী য়াওদে, অদুনা মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ মত্তাইরে, গোপমচা অমসুং যমাও মচা য়াওদনা হৎতোমথা ব্রজদা হল্লিরবদি, ব্রজবাসী গোপ-গোপালিশংগী মাপ্পা অমাবা ওইরগানা চাইদুনা বিশ্বকর্তা পরমেশ্বরনা আনমকী মশক ওইখি। হাইবদি বৎস অমসুং বৎসপালগী রূপ ওইখি। অদুম্না যগাখি, লাংভাগে, খিত্তগা কাইদনা হুবুক্তো মহাক্না ওইরবা বৎস বৎসপাল খিবিক অদুগা লোইননা গোচারণ লেংই, মতম চানা যংগারকই, অসুম তোদুনা চহি অমা চুপ্পা শাইরে। মসুং অদুগ যশোদাশিংবু মচাশিং অদুবু কয়া য়াম্না নুংশিখিবা গোপগোপালিশংনা মচাশিং অদুবু কয়া হেন্না নুংশিখিবা অমসুং করি মরমদগী অদুক য়াম্না হেন্না নুংশিখিবা মরম খিবিক অদু লাহাবক মচ অসিনা উৎপগা পাংজল লৈতে, প্রসঙ্গ খংনবগী দমক সংক্ষেপ ওইনা শক্তিসুং উচ্ছেবদনি। দশমস্কন্ধগী ত্রয়োদশোটগুবা অধ্যায় য়েংবিরগা পাঠক-শিংনা উবিগনি। মতম অদুদা মর্ত্ত্যলোককী কালগী পরিমাণদা চহি অমা হাইবা দ্বিপরার্দ্ধজীবী ব্রহ্মাগী কালপরিমাণদদি ত্রুটি অমা হাইব মতম অদুত্তা মগুই। অদুনা ব্রহ্মাদি কুহিবা য়াবপোৎ ক্রে হাংদুনা ভহাক অদুর্দান ওইরুরগা ভলকল হাক্নদুনা য়েংঙবদা গোপ মচা বণাও মচা অমত্তা য়াদুনা শ্রীহরিগা লোইননা উদি। ব্রহ্মানা লোৎলিবা যোগমায়াগী শক্তিবা পুম্নমক অদুমক অহম্মক অমত্তা কাইদনা হুমদুনা লৈ। মতু উরগা কনানা চাম্ববনে? শ্রীহরিগী নাক্তা লৈরিববশিং অসিনা চাম্নরব্রা? ঐগী মাপ্পা শমদুদা ভাম্বশিং অসিনা চামররা? কন্নবনা অরেপ্পংনা, কন্নবনা মায়ানো হাইবদু ধ্যান তৌবদা খংবা ঙমন্দ্রুনা, থোইদোক্না অঙকপা ওইখি। স্বয়ং বিশ্বমোহন ওইবা মোহ লৈতবা ভগবাননা মায়া তৌরকদগী বিষ্ণু মায়ানা

মুমিংকী তেজদা ভগবানগী তেজনা পরাভব ওইবগুম বিধি ব্রহ্মা মুগ্ধ ওইখি। মতম অদুদা ভগবানগী মায়া লৈরিবা গোপ মচা পুম্নমক বছাও মচা পুম্নমক ঘনশ্যাম চতুর্ভুজ অমম্মুং অয়াম্বা ভগবানগী অস্ত্র-অলঙ্কার আভরণনা লৈতেংবা শ্রীভগবানগী রূপ ওইনা অশোংনা উহনখি। অয়াম্বা উপাসকবর্গনা লোইননা মহিমা উহনবিরবদা থকলুনা দৃষ্টিভ্রম ওইদুনা ব্রহ্মা হংসপৃষ্ঠদা উন্টা ওইখি। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাগী দশা অদু উরবদা মায়াগী যবনিকা হাংদোকখিবি। পরমেষ্ঠীগী বাহ্য জ্ঞান ওইরে, শিরুবদগী হিঙ্গৎলাকপগী মতৌগুম য়াম্না বানা হেংগত্তুনা মীৎ পাংথোক্লুনা য়েংখিবদা মপাগা লোইননা জগৎপু উরে। মাইকৈ মরিমক্তা য়েংখিবদা আহার পিনবা মথল মথা অয়াম্বা তরুবৃন্দনা মংলবা মথল মথা অয়ামবা অভীষ্টদ্রব্যনা পরিপূর্ণ ওইবা শ্রীবৃন্দাবননা মহাকী (ব্রহ্মাগী) দৃষ্টি পথদা ডানখি। অদুগুমবা শ্রীবৃন্দাবনগী মনুংদা গোপবালককী মশক ওইদুনা শান্নরিবা পরব্রহ্মবুম্ব উখি। অদুগী তুংদা ব্রহ্মানা হংসবাহনদগী কুমথরক্লুনা পৃথিবীদা শনাগী দণ্ড অমা তাবগুম তাদুনা মুকুট মাইরনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ শোক্না থরুমদুনা মীত্তগী পী শিন্থদুনা উখিবা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা অদুপকী মখৈ নিংশিংবা অদুপকী মখৈ হন্না শ্রীচরণদা পতন ওইখি। অদুম্না কপ কয়ামুক লৈরবগী তুংদা তপ্না তপ্না হৌগত্তুনা মাং অনি পী তৈথোক্লুনা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংদুনা খুৎ লোম্নদুনা লু লুক্না স্তুতি তৌখি। শ্লোক নিফুনা স্তুতি তৌখি, মদুগী মনুংদা "নারায়ণস্ত্বং ন হি সর্বদেহিনাম্‌, হাইবা পদ্য অসি তরামরিশুবা পদ্যনি। শ্লোক অসিগী অনুবাদ—

হে প্রভো! ইবুঙো নহাক্না অখিল প্রাণিবর্গগী অমত্ত ওইবা আত্মানি, প্রবর্তকনি অমসুং অন্তর্যামীনি, মরম অসিনা করম্না নারায়ণ নত্তদগে? নহাক লেপ্পমক নারায়ণনি, অমসুং নরদগী উৎপন্ন ওইবা চতুর্বিংশতি তত্ত্ব অমসুং জলদা আশ্রয় তৌদুনা মহাকপু নারায়ণ অমুম্না প্রসিদ্ধ ওইদুনা খংনরিবা ইবুঙো মহাক অদুসু ইবুঙো নহাকী মূর্তিনি। পুম্নমক অসি সত্যনি, নহাকী মায়া নত্তে।

শ্লোক অসিগী মনুংদা লৈরিবা বিচার যুক্তি ব্যুৎপত্তি পুম্নমক অদু শ্রীধরস্বামীগী ভাবার্থদীপিকা টীকাদা ব্যাখ্যা তৌরি, মাদুগা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা তৌরিবা ব্যাখ্যাগা অর্থ মাম্রে। অমা সরল— ওইবা চরিতামৃতদা উৎলিবা ব্যাখ্যা অদু সংগ্রহ তৌরগে।

যথা,— শিশু—বৎস হরি' ব্রহ্মা করি অপরাধ'
অপরাধ ক্ষমাইতে মাগেন প্রসাদ—
তোমার নাভিপদ্ম হৈতে আমার জন্মোদয়,
তুমি পিতা মাতা আমি তোমার তনয়।
পিতা-মাতা বালকের না লয় অপরাধ,
অপরাধ ক্ষম মোরে করহ প্রসাদ।
কৃষ্ণ কহেন—ব্রহ্মা তোমার পিতা নারায়ণ,
আমি গোপ, তুমি কিসে আমার নন্দন?
ব্রহ্মা বলেন তুমি কি না হও নারায়ণ?
তুমি নারায়ণ শুন তাহার কারণ,—
প্রাকৃতাপ্রাকৃত-সৃষ্ট্যে যত জীবরূপ;
তাহার যে আত্মা-তুমি মূলস্বরূপ।
পৃথবী যৈসে ঘটকুলের কারণ—আশ্রয়,
জীবের নিদান তুমি, তুমি সর্ব্বাশ্রয়।
'নার'শব্দে কহে সর্ব্বজীবের নিচয়,
'অয়ন'শব্দেতে কহে তাহার আশ্রয়।
অতএব তুমি হও, মূলনারায়ণ।
এই এক হেতু, শুন দ্বিতীয় কারণ,—
জীবের ঈশ্বর পুরুষাদি অবতার;
তাহা সভা হৈতে তোমার ঐশ্বর্য্য অপার।
অতএব অধীশ্বর তুমি সর্ব্বপিতা
তোমার শক্তিতে তারা জগৎ-রক্ষিতা।
নারের অয়ন যাতে করহ পালন,
অতএব হও তুমি মূল নারায়ণ।

তৃতীয় কারণ শুন শ্রীভগবান!
অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড বৈকুণ্ঠাদিধাম,
ইথে যত জীব তার ত্রৈকালিক কর্ম্ম,
তাহা দেখ, সাক্ষী তুমি, জানি তার মর্ম্ম।
তোমার দর্শনে সর্ব্বজগতের স্থিতি-গতি,
নারের অয়ন যাতে কর দরশন;
তাহাতেও হও তুমি মূল নারায়ণ।
কৃষ্ণ কহেন-ব্রহ্মা তোমার না বুঝি বচন,
জীব হৃদি জলে বৈসে যেই নারায়ণ।
ব্রহ্মা কহে—জলে জীবে যেই নারায়ণ,
সে সব তোমার অংশ, এ সত্য বচণ।

(আদি লীলা ২ পরিচ্ছেদ)

কৃষ্ণ হাইবা নাম অসিগী বৃহৎপদার্থ পরং ব্রহ্মণ অস্বস্ব শাস্ত্রনা খংহলি।—

কৃষিভূর্বাচকঃ শব্দো ণশ্চ নির্বৃতিবাচকঃ।
তয়োরৈক্যং পরংব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে॥

(মহাভারত)

---



## মঙ্গল।

### চতুর্থ সোপান।

—:(*):—

ভক্তি নহুনা জীৱগা পরতত্ত্বগা অনিগী পরস্পরমিলন ওইনবদা প্রয়োজন অমা অতৈ করিশু থংবা য়াবা ওইদে। আপ্তকাম ওইবা পরতত্ত্বগী, ভক্তিকামনা পূর্ণসীমা ওইদুনা শ্রীভগবৎস্বরূপ ওইনা প্রকাশ ওইবি; অদুগা ভক্তরূপ ওইনা বিকাশ ওইবগীদমক্তা মহাগী পূর্ণসীমদা থংদৈ। ভক্ত অমসুং ভগবান অনিমক্তা ভক্তিসূত্রগা সংযুক্ত ওইদুনা লৈবা মরমনা, অনিগী মিলনদা অনিমক্তা প্রয়োজন সম্ভাবনা ওই। মখোয় অদুনা পূর্ণপরতত্ত্ব ভগবদ্রূপ ওইবা, মখোয় অদুদা ইবুংঙো মহাক পূর্ণপ্রেমগী থোৱাংবা নিত্য ওইনা লৈ; মখোয় অদুদা ভক্তগী পূর্ণপ্রেম অদুনা মহাকী অথোইবা প্রয়োজননি। মীওইবনা বেদাধ্যয়ননা মেধানা অমসুং শাস্ত্রজ্ঞাননা মহাকপু ফংবা ঙমদ্রবসু, ইবুংঙো মহাক্না আত্মবরণ তৌদুনা পুক্নিং, হকচাং, ইন্দ্রিয়, পুম্নমক্তা ভক্তি তৌজরবদি, ইবুংঙো মহাকী শ্রীমূর্তি আত্মবরণ তৌজরিবা ভক্ত অদুগী মফমদা প্রকাশ ওইবি। তথাচ শ্রুতি:—

নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যো
ন মেধয়া ন বহুনা শ্রুতেন।
যমেবৈষ বৃণুতে তেন লভ্য-
স্তস্যৈষ আত্মা বৃণুতে তনূং স্বাম্॥
(কঠোপনিষৎ)

হায়বদি—অসুম ওইবা পরমাত্মাবু বেদাধ্যয়ননা মেধানা অমদি অয়াম্বা শাস্ত্রজ্ঞাননা ফংবা ওইদে, মী মহাক অদুনা মহাক্না আত্মবরণ তৌজবা অদুনা ফংবা ওই; অদুগুম্বা ভক্ত অদুগী মফমদা নিজতনু বরণ তৌবি, অর্থাৎ প্রকাশ ওইবি।

বেদাধ্যয়নমতিংবসু ফংদ্রে হায়বা নত্তে, পরস্পরনা আত্মবরণ তৌরবদি, কদে

হাইরিবা মরমশিং অদুনা, পরতত্ত্ব-পরমেশ্বরবু ফংবা ওইদে হাইবা তাথমি। বেদ-শাস্ত্রগী জ্ঞান অমসুং চুম্বা সদ্‌গুরুগী উপদেশদগী ফংবা জ্ঞান-বিজ্ঞাননা তিমবা বুদ্ধিনা সারথী ওইদুনা, মননা চুপলিগী মথক ওইদুনা সগোলগী মথক ওইবা ইন্দ্রিয়শিংবু সংযম তৌদুনা পরব্রহ্ম-পরমেশ্বরদা সমাহিত ওইরবা অদুগুম্বা মী অদুনা সংসারগী লমা হাইবদি অবসানগী মথক ওইবা, বিষ্ণুগী অর্থাৎ চিদ্রূপ ওইবা পরমেশ্বরগী পরম পদ ফংই। অদুম্মক মথংদা খংহল্লি।

বিজ্ঞানসারথির্যস্তু মনঃ
প্রগ্রহবান্ নরঃ।
সোঽধ্বনঃ পারমাপ্নোতি—
তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদম্॥
(কঠোপনিষৎ)

মসিগী শ্রুতি বাক্যদা ভক্ত অদুনা শ্রীভগবানদা আত্মবরণ তৌরবদা ভগবাননসু ভক্ত অদুগী মফমদা আত্মবরণগী অভিলাষ ওইবা ফোংদোকই। হাইবদি ভক্তগী ভক্তিনা ফংবা ওইদুনা ভক্তগী মফমদা স্বকীয়া তনু অর্থাৎ সচ্চিদানন্দঘনরূপ প্রকাশ ওইবি হাইবা ভাব অসি উৎলি। ভক্ত অমসুং ভগবানগী মরমদা মশা কথোক্নগা মশাগী ওইবা, অমসুং মশাগী ওইদুনা মশা পিনবা; অদুম্বা মতম অমদদা অনিমক্না সমপ্রয়োজনসিদ্ধি ওইবা অসিবু "মহামিলন" হাইনবা কৌই। ভক্তনা ভগবানদা হৃদয় কৎপা অমসুং ভগবাননা ভক্তগী হৃদয় ওইবগী বাক্তাসু শ্রীভাগবতগী মফমক লানা তাবা ফংই। যথা :—

সাধবো হৃদয়ং মহ্যং সাধূনাং হৃদয়ন্ত্বহম্।
মদন্যত্তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যো মনাগপি॥

শাস্ত্রনা থাগৎলিবা কর্ম্ম, জ্ঞান, যোগাদিসাধন পুরমক অদু ভক্তিগী সহায়-সঙ্গ ফংলবতদা সিদ্ধ ওই। ভক্তিগী সম্বন্ধ লৈতদা অদুতে সাধন পুরমক চৎথোক্না সিদ্ধ ওই, নত্রবদি ওইদে। শ্রীভগবানগা জীবগা অনিগী মহামিলনদা ভক্তিতনা অনিমক্না সংযোগসূত্র ওই। ভক্তিগী সহায়তা নত্তনা জ্ঞানকর্ম্মনচিংবগী সার্থকতা লৈতবা মরমদগা ভক্তিসম্বন্ধ লৈতবা জ্ঞানকর্ম্মনচিংববু নিন্দা তৌবা শাস্ত্রদা যুক্কা উৎলি।

চেৎনিংলদুনা স্বর্গ চিংবগী লাকপনা সুখচাই য়াইফবা ওইরবা, পাপশিং লাইরদুনা নরক লোমদগী লাকপনা অত্যাম্বা অরাবা ফংঙবা। অসুম্বা মথংমথং অমাম্বা জীবনা কর্ম্মাণুরূপং ফল' চাইদুনা অরাবগী অরেমসু লৈতে, সুখচাইবগী অরেমসু লৈতে। নরকতা লাকরবশুং লাকদুনা মকাদুঃখী ওইদুনা লৈরবা জীব অদুসু করিগুম্বা সৎসঙ্গমা-চিবা ভাগ্য অমা ওইবদগী সৎকর্ম্মী ওইদুনা সদ্গতি ওইথিবসু কত। স্বর্গগী জীবসুক সুখচাই য়াইফবা পালমবা অদুসু নিজকর্ম্মানুগত ওইনা অমুক তেঙ্গা কখিবসু ওই। অদুগা নরকলোমদা চৎখিদুনা যমগী দণ্ড ফংগদবমখৈ ফংলুরগা শা, ভা, তিল, কা' ওইথিবসু অনংখানি। মী ওইবনা অরাবা তারবা মতমদদি ঈশ্বরবু নিং-শিংঙ, নিন্দাত ওতরবসু তৌজে। সুখচাইরিবৈ য়াইফরিবৈদদি, অহঙ্কার তেঙ্গুনা অয়াম্বনা ধর্ম্মসু কাদে, সাধু মহাত্মবুসু উসিত্তে, ঈশ্বরবুসু নিংবদি লাইরতনা লৈ হাৎবা ফাওবা থনদে। মহর্ষি দেবর্ষি মহাত্মাগী উপদেশ অমা ফাওবা তাবিদে। ঙাংস ফাওবদা প্রসিদ্ধ ওইরবা সাধু মহাত্মা অমনা মাগী কারনবগীদমক নত্তনা স্বার্থপর ওইদুন মাগী ফওনবা অমা করম্না হাইবা চৎপা লৈখ্রগে? হাইবসি তাইবং মা পুম্নমক ইথং থংদবদি নত্তে, মাম্নানা কুপ্তুনা অভিমাননা মমবনি। লাইররগা নংলবা য়ারবা গাত লৈরক্রবা মতমদদি অভিমান অদো চেনখি। সংসার অসি করিগো শক্লকই, এইবু কনাদা চংজরগা অরাবা কোকবা থরকই, লু লুকলকই, মথং মথং ঈশ্বর নিংশিংঙমদবসু নিংশিংঙকই। ঈশ্বরনা অরাবা কোকপিয়ু হাইজে। মহাক্তি মরোল মরোল তাঙ্গিঙ্গরকপা পাপকী ফলনা পাপো দুঃখং পচাত হাইদুনা অরাবতু ফংজরিবনি। অদুনা হেক কোকপা য়ারবা, পাপ অদুপ য়াম্না লৈরবদি প্রায়শ্চিত্ত অদুক য়াম্না তৌরগা কোকপা হাইবা নামাশ্রয়নচিংবা, অদু নিংথিনা তৌরিবৈ হেবদা তাহরিবৈ ওইবনা কোক্তবা; কোক্তবা সাধন অদুনা সম্পন্ন ওইরগদি শোক-দনা কোকদবা, অদুবু কেশু কারদেদনা হাইদুনা ঈশ্বরবু নিন্দা তৌদুনা পাপ অমুক হেন্না তাঙ্গনবসু য়াওই। মদুগা অদমক মাই ওক্সিনখদুনা পাপ পুম্নমক কোক্তুনা থাংজমদবা অরাবদগী সুখচাইবগী তমথৈ লৈরবা ইবুংঙো মহাকী শ্রীচরণ ফংথিবসু য়াওই। মসিদা পংলবা এইনা প্রমাণ তোজনিংবদি—মিংশেল অদো থিজং মোৎশপা তৈথোক্লবদি হেমক লংই। তৈদি তৈথোক্তা পংতৈদা তৈসন—আলকাটমাগুম্বা পাক কোকজবাকক্তা পংতৈ তৈসন্দুনা মদুনা থাপ্রবদি, কোক্লবা লংনবা হোৎনবদা থক পুৎ চংবা তাই, মতমসু চংবা তাই। মতা চাক্রগা তক্তিং তক্তিং তৌরুদনা কাইং-তোইবসু য়াই, অদুনদি বুদ্ধি তানা চেকশিননা পুকনিং চংনা হোৎনবগী আবশ্যক

ওই, ভাবভক্তিদগী প্রেমভক্তি ওই। অহুম অসি শ্রবণ, কীর্ত্তন, স্মরণ, পাদসেবন, অর্চ্চন, বন্দন, দাস্য, সখ্য, অমসুং আত্মনিবেদন * হাইবা অঙ্গ মাপন অসিনা তিনি। ভক্তগী ভাবকী তারতম্য নাইবগী ক্রম মতুং ইন্না মখল অহুম ওইবনি। শ্রদ্ধা সাধুসঙ্গগী মতুংদা লৈরিবা সাধনভক্তি তৌরিবা ভক্তবু প্রবৃত্তভক্ত হাইনা খং-ইনি। অদুদগী হাইগৎলক্কনা ভজনক্রিয়া, অনর্থনিবৃত্তি, নিষ্ঠা, রুচি, আসক্তি হাইবা ক্রম অসি মথং মথং ওইরক্কনা ভাবকী সীমা ওইরক্লবা ভক্ত অদুবু সাধক ভক্ত হাইনা খংইনি। ভাবকী থাক য়োরবা ভক্তিবু ভাবভক্তি কৌই। মসি সাধনভক্তিগী পরিণত বস্তুনি। অদুগী তুংদা ভক্তিদবীনা প্রেমকোবা পঞ্চম পুরুষার্থগী মখক ওইবা ভক্ত অদুগী হৃদয়দা আবির্ভাব ওইবি। প্রেমভক্তি ফংলবা অদুগুম্বা ভক্ত মখবু "সদ্ভক্ত" হাইনা কৌইনি। সৎসঙ্গ অমসুং মহৎকৃপাগী মখক ওইবা মূলদগী মথং মথং শ্রদ্ধানা চিংবা ওইদুনা ভাবকী মখক ওইবা পুষ্প প্রেমগী মখক ওইবা ফল ওইবা, ক্রম অসি ভক্তিলতিকাগী সংক্ষেপ উদয়ক্রমণি।

অহুম ওইবী ভক্তিনচিংগী অঙ্গখিবক্তা রাগভক্তি অমসুং বৈধীভক্তি হাইনা লক্ষণ অনি থোকই। শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর হাইবা ভাব মখল মঙা অসিনসু অঙ্গ নত্রুগা অমনা তিনি। শ্রীভগবানগী রূপ গুণনচিংবদা লোভ ওইদুনা প্রবৃত্তি ওইখিবা ভক্তিবু রাগভক্তি কৌই। অদুগা ভগবদ্‌ভক্তি হাইবসি তঙাইফদনা তৌগদবা ওই, হাইবা অসিনচিংবা শাস্ত্রশাসনদগী প্রবৃত্তি ওই-

* শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরণং পাদসেবনম্।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্॥
ইতি পুংসার্পিতা বিষ্ণৌ ভক্তিশ্চেন্নবলক্ষণা।
(শ্রীভা০ ৭।৫)

স বৈ মনঃ কৃষ্ণপদারবিন্দয়োঃ বচাংসি বৈকুণ্ঠগুণানুবর্ণনে।
করৌ হরের্মন্দিরমার্জ্জনাদিষু শ্রুতিঞ্চকারাচ্যুতসৎকথোদয়ে॥
মুকুন্দলিঙ্গালয়দর্শনে দৃশৌ তদ্ভৃত্যগাত্রস্পর্শেঽঙ্গসঙ্গমম্।
ঘ্রাণঞ্চ তৎপাদসরোজসৌরভে শ্রীমত্তুলস্যা রসনাং তদর্পিতে॥
পাদৌ হরেঃ ক্ষেত্রপদানুসর্পণে শিরো হৃষীকেশপদাভিবন্দনে।
কামঞ্চ দাস্যে ন তু কামকাম্যয়া, যথোত্তমশ্লোকজনাশ্রয়ারতিঃ॥
(শ্রীভা০ ৯।৪)

থিবা ভক্তিবু বৈধীভক্তি হাইনা কৌই।

নবলক্ষণা ভক্তিগী অঙ্গপুন্নমক হাইবদি শ্রবণসু কীর্তনসু মাপল অড় প্রেমোদয়গী পক্কপা শক্তি চপ মান্নবগী মরমসু শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতৎমা লেখখলবা ভক্তবাক্যনা প্রমাণিত ওই। যথা :—

শ্রীবিষ্ণোঃ শ্রবণে পরীক্ষিদভবদ্বৈয়াসকিঃ কীর্ত্তনে।
প্রহ্লাদঃ স্মরণে তদঙ্ঘ্রিভজনে লক্ষ্মীঃ পৃথুঃ পূজনে।
অক্রূরস্তভিবন্দনে কপিপতির্দাস্যেঽথ সখ্যেঽর্জ্জুনঃ
সর্ব্বস্বাত্মনিবেদনে বলিরভূৎ কৃষ্ণাপ্তিরেষাং পরম্॥

হাইবদি মহারাজ পরীক্ষিৎনা ভগবানগী গুণনচিংনা শ্রবণ তৌদুনা, শুকদেবনা কীর্তন তৌদুনা, প্রহ্লাদনা স্মরণ তৌদুনা, লক্ষ্মী দেবীনা চরণসেবা তৌদুনা, পৃথুনা পূজা তৌদুনা, অক্রূরনা বন্দনা তৌদুনা, কপিরাজনা দাস্য ভাব ওইদুনা, অর্জুননা সখ্য ভাব ওইদুনা, বলি মহারাজনা মপাং পুন্নমক লোইননা আত্মসমর্পণ তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংখি।

অদু ওইরবদি ঐখোইনি করম্না ভাবদা লৈগদগে হাইবা জিজ্ঞাসা অমা লাক্লে। মসাং অসি যৌক্রুবদা চৎমচিংবা নিংদা যাদ্রে। ঋষিশিংগী মতসু ভেদ লৈতবা নত্তে, শাস্ত্রসু ভেদ লৈতবা লৈতে, অকোনা অমনা মরোইরে হাইবসু লৈতে। ধর্মগী তত্ত্বনি যাম্না নিগূঢ় ওই, অদুনা ঐখোইগী পূর্বাচার্য মহাপুরুষনা চৎখিবা অমসুং উৎপিরম্বা অদুনা ঐখোইগী চৎকদবা ধর্মমার্গনি। যথা :—

তর্কোঽপ্রতিষ্ঠঃ শ্রুতয়ো বিভিন্নাঃ
নাসাবৃষির্যস্য মতং ন ভিন্নং।
ধর্মস্য তত্ত্বং নিহিতং গুহায়াং
মহাজনো যেন গতঃ স পন্থাঃ॥
( একাদশীতত্ত্বধৃতশাস্ত্রবচন )

অমসুং সম্প্রদায় নাইত্রবা অদুগুম্বা মন্ত্রশিং অদু বিফল ওই, হাইবদি, মন্ত্রশিং অদু জপ তৌরুবসু মন্ত্রশিং অদুনা ফল পিবিদে; মরম অসিনা কলিযুগদা সম্প্রদায় মরি প্রবর্ত্তক ওইগনি। লক্ষ্মী, ব্রহ্মা, রুদ্র অমসুং চতুঃসন, দেবতা মরি অসিনা

উৎকলদা শ্রীপুরুষোত্তমক্ষেত্রদা সম্প্রদায়প্রবর্ত্তক ওইনা অবতীর্ণ ওইগনি। হাইবসি পূর্ব্বাচার্য্যগী মার্গদগী উবা ফংই। যথা পদ্মপুরাণে :—

সম্প্রদায়বিহীনা যে মন্ত্রাস্তে বিফলা মতাঃ।
অতঃ কলৌ ভবিষ্যন্তি চত্বারঃ সম্প্রদায়িনঃ॥
শ্রী ব্রহ্ম-রুদ্র-সনকা বৈষ্ণবাঃ ক্ষিতিপাবনাঃ।
চত্বারস্তে কলৌ ভাব্যা হ্যুৎকলে পুরুষোত্তমাৎ॥ *
রামানুজং শ্রীঃ স্বীচক্রে মধ্বাচার্য্যং চতুর্মুখঃ।
শ্রীবিষ্ণুস্বামিনং রুদ্রো নিম্বাদিত্যং চতুসনঃ॥

ঐখোই গৌরীয়বৈষ্ণবশিংবাগীদি সম্প্রদায় মরি অসিগী মনুংদা মধ্বাচার্য্যসম্প্রদায়গী মত অসিনা সর্ব্বোত্তম হাইনা বিবেচনা তৌবিদুনা অমসুং স্বীকার তৌবিদুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রভুনা সম্প্রদায় অসিগী মততা লেপ্লুনা প্রেমভক্তি প্রচার তৌবিরমই। শ্রীমদ্ আনন্দতীর্থ মধ্বাচার্য্য মুনিগী মতকী সংক্ষিপ্ত ওইবা বচন :—

শ্রীমন্মধ্বমতে হরিঃ পরতমঃ সত্যং জগৎ তত্ত্বতো
ভেদো জীবগণা হরেরনুচরা নীচোচ্চভাবং গতাঃ।
মুক্তির্নৈজসুখানুভূতি—রমলাভক্তিশ্চ তৎসাধন-
মক্ষাদিত্রিতয়ং প্রমাণমখিলাম্নায়ৈকবেদ্যো হরিঃ॥

শ্রীমন্মধ্বাচার্য্যগী মততা শ্রীহরিদন পরতম বস্তুনি, অমসুং মালেম্দা লৈবা ভেদসু সত্যনি, জীবশিংনা হরিগী অনুচরনি, অমসুং অমগা অমগা অয়াৎ অহেন নাইবগী মওংসু ফংই। অর্থাৎ সাধনভেদ মতুং ইন্না ফলগত তারতম্য ওই। জীবগী স্বসুখানুভবনা মোক্ষনি, শ্রীহরিগী অমল ভক্তিনা মোক্ষগা অদ্বিতীয় সাধননি। প্রত্যক্ষ-চিংবা প্রমাণ অহুমনি, অমসুং ভগবান শ্রীহরিনা বেদ পুম্নমক্কী বেদ্যনি। মত অসি য়েংবিদুনা মসিনা সর্ব্বোত্তমনি, হাইনা খনবিদুনা জীবগী স্বরূপ শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যদাসনি, তটস্থা-শক্তিনি, ভেদাভেদতত্ত্বনি ; অসুম্না শ্রীসনাতনগোস্বামিদা উদ্দেশ্য তৌদুনা খংহনবিরম্মি। যথা :—

* শিষ্টানুশিষ্টত্বরূপদিষ্টো মার্গঃ সংপ্রদায়ঃ। শিষ্টত্বং বেদপ্রামাণ্যত্বোপলক্ষিতং। অতঃ সম্প্রদায়বিহীনানাং বিষ্ণুমন্ত্রাণাং জপ্তানামপি বৈফল্যাত্তেভ্যঃ কলৌ ভাবিনস্তে সংপ্রদায়িনস্তে কেষুচন তত্রাহ শ্রীতি। —(কান্তিমালাটীকা)

শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত অমনি, হায়না খংবদা জীবগী জীবত্ব আস্নোকপগী ফমথে ওই। মখোয় অসিনা ভক্তভাব হায়বসি জীবগী পূর্ণতম বিশুদ্ধ স্বরূপনি।

জীবগী আশ্রয়স্বরূপ ওইবা সচ্চিদানন্দঘন স্বয়ংভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তশ্রী জীব ঐখোইগী অখোইবা চংনফমনি অমসুং স্বজাতীয় – বিষয়নি। শ্রীকৃষ্ণগুম্না জীবসু সচ্চিদানন্দময়নি, অদুনা অনিমক্তা পরস্পর স্বজাতীয়তা লৈনৈ; অদুবু ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগা শিনথুংবা – বিভু, জীবনা য়াম্না পিকপা – অণু ওইবনা য়াম্না খেন্নৈ। সু-মিৎশু অজ্ঞানবান ভক্তলসু অজ্ঞানবনি, অদুবু অনিমক চপমান্নে হায়বা য়াদবা, জানবা হায়বা ধর্ম্ম অদুদি মাগী পিকপা চাওবদা য়াম্না খেনবা অদুগী পান্দমনি। শ্রীকৃষ্ণনা জীবগী আশ্রয়নি, জীবনা শ্রীকৃষ্ণগা আশ্রিত ওইবনি। রসনা সুখ হায়বগী কারণনি, সুখ হায়বা হায়বসিনা রসগী কার্য্যনি, হায়বদি রসদগী সুখ হায়বা ওই। অদুনা সুখ হায়বা পুরুষকী মূল কারণ ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু 'রসরাজতত্ত্ব' হায়না প্রসিদ্ধ ওইবা খংনরি। ইবুংঙো মহাকপু ব্রহ্মগী প্রতিষ্ঠানি–ঘনীভূত ব্রহ্মনি, হায়বদি মঙালগী কেন্দ্রদা ঘনীভূত-প্রকাশ অদুমক সূর্য্যমণ্ডল ওইবা অদুগী মতোংশুম, সর্ব্বব্যাপক ওইনা ব্রহ্মগী প্রতিষ্ঠা ওইবা পরব্রহ্মণ অসুম্না, অমসুং নিত্য ওইবা মোক্ষগী, নিত্য ওইবা ধর্ম্মগী, নিত্য ওইবা সুখগী প্রতিমানি অসুম্না শাস্ত্রদা বর্ণন তৌরি। যথা :—

ব্রহ্মণো হি প্রতিষ্ঠাহমমৃতস্যাব্যয়স্য চ।
শাশ্বতস্য চ ধর্ম্মস্য সুখস্যৈকান্তিকস্য চ॥
(গীতা ১৪ অ০)

অমসুং ব্রহ্মসংহিতাগী পঞ্চমঅধ্যায়গী অহানবা শ্লোকতা শ্রীকৃষ্ণনা কারণ পুরুষকী কারণনি, আদিনি অনাদিনি পরম ঈশ্বরনি অসুম্না বর্ণন তৌরি। য়াম্না ইরুবগী কারবা লৈতে, পণ্ডিত পুরুষক ভক্ত পুরুষক্তা ফমথে লৈতনা ঊবরিবনি। শ্রীমদ্ভাগবত কৌবা মহাপুরাণ অসি ইবুংঙো মহাকী গুণ, অমসুং মহাকপু ফংনা সাধন তৌদুনা ফংবা, মহাকী লীলা, মহাকী দয়াগী দৃষ্টান্ত, মহাকী ধর্ম্ম, মহাকী চরনদা প্রেমভক্তি পোক্নবগী উপায়, জগৎ হায়বসিনা অসি ওইরে, ঈশ্বরগা জত্না অসিনি, ব্রহ্ম, পরমাত্মা, ভগবান, স্বয়ংভগবানগী লক্ষণ অসিনচিংবা তত্ত্ব, পরমধর্ম্ম, পরম-পুরুষার্থ অসিনচিংবা উত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঙ্ময়মূর্ত্তি ওইনা সুমিৎকুম্না তাস্লুনা লৈরি। অমসুং শ্রীভগবদ্গীতা, শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত, হরিভক্তিরসামৃতসিন্ধু, ব্রহ্মসংহিতা। অসি-নচিংবা অমূল্যরত্নগ্রন্থ, ভক্তিগ্রন্থ, ভক্তশিংগী মাংদা তাস্লুনা লৈরি। করুণৈকসিন্ধু

ওইবা ইবুংঙো মহাকী কৃপা মরিক অমসুং তোঙবা পাংলবা এরী কোকুল বিকশিত্তুনা মহাকী বাণীদা চংজবিংবা লোকন্না, মুকং করোটি থাচালং অংন্থং মরিক চাওবা বৈষ্ণবশিং পণ্ডিতশিংনা উৎশিরবা মখুনা থাওবৈ ওইকখুনা, "বহুজন্মং কীর্তে মদী সূরতুথ্বা স্তু যে গতিঃ" হাইবা পান্নমখুম, তোঙবা মূর্খ এনা থোনা কবখুনা শুদ্ধ জীবগী স্বরূপ রূপ, শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ব বর্ণন তৌজবা সম্বন্ধ, অভিধেয়, প্রয়োজন হাইবা তত্ত্বগী মতান অতুক থরং উচ্চবা অদি এরু য়েংবিগদু। শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত থর মাওকি থনবিত্তুনা ভক্তশিংন পৌবিয়ু।

---

# মঙ্গল।

## পঞ্চম সোপান।

আত্মভাবকী পরম অবস্থা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী (কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্। শ্রী-ভা০ ১।৩।২৮) সেবাসুখ অমসুং ভক্তিসুখ ফংলবদা, অমুক তোপ্পা আত্মসেবাসুখগী প্রয়োজন লৈতে। সুমিৎকী মঙাল ফংলবদা, থাওমৈগী মঙালগী আবশ্যক লৈতে। উগী মমলদা ইশিং চাইরবদা, মধা মশাদা অমুক তোপ্পা চাইক্লবগী কাম্নবা লৈতে। কার্য্যগী তোপ্পা পেমনবা হোৎনবখুদি, মাগী কারণ অতুগী পেমনবা হোংনবনা কা-র্য্যগীসু কারণগীসু অদিমকী অপেনবা ওই; অতুনা পোইনা অকবা ওই। অতুনা কারণ পুরুষকী কারণ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী পেমনবা হাইবা ভাব অদু থম্মোইদা থমলা, অনুকূল ওইনা মহাকী সেবা তৌবা, ইবুংঙো মহাকী কার্য্য ওইবা জগৎ পুষ্ক-ঙ্কা লোইননা ভক্তশিংনা পরিপূর্ণ আনন্দগী মথক ওইনা মহাক মহাককী আত্মানু-ভূতি। আত্মসুখভাবকী মহুত্তা শ্রীকৃষ্ণগী সুখভাব ওইবনা পূর্ণানন্দ ফংবগী অঙোইবা লাক্লগনি।

যথা তরোর্মূলনিষেচনেন, তৃপ্যন্তি তৎস্কন্ধভুজোপশাখাঃ।
প্রাণোপহারাচ্চ যথেন্দ্রিয়াণাং, তথৈব সর্ব্বার্হণমচ্যুতেজ্যা॥
(চতুর্থস্কন্ধে)

হাইবদি,—উগী মরূনা ইশিং চাইরগা মথামস্ট, মথা অঁচৌবা, মথা শিনক পুম্নমক্কী অপেনবা ওই। প্রাণগী তর্পণ তৌরগা ইন্দ্রিয়শিংগী অপেনবা ওই। মতো অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী পূজা তৌরবতদা আত্মা দেহ পুম্নমক্কী পূজা সিদ্ধ ওই।

ভক্তভাবনা জীবকগী পরিপূর্ণস্বরূপনি। অমম্তুং পরমাশ্রয় ওইবা ইবুঙ্গো মতোম্না ঐকান্তিকী ভক্তি তৌবনা জীবগী পরমধর্ম্মণি। "স বৈ পুংসাং পরো ধর্ম্মো যতো ভক্তিরধোক্ষজে"। (শ্রীভাগবত) অবিদ্যা মায়ানা গুম্নাগুম্না স্বরূপ শংদ্রবা জীবনা, হকচাংনচিংববু ঐনি হাইনা খংদুনা, শ্রীকৃষ্ণগী মনাইবু মায়াগী মনাই লেমদুনা, মায়াগী বিষয় ভোগ তৌবনা জন্মসাফল্য ওইরে খল্লুনা, ফংগদ্রবা মীওইবা মপোক শাশিংগা অম্মা ওইহনবা অস্থুম্না মায়ানা লাকচবা; অসিদগী হেন্না লাকচাধবা করি লৈরিগদগে? মথম মথা মম্নাম্না মপোক কয়ামুক পোকলুরবগী তুংদা লাইগক ফংদুনা ফংগমদরবা মীওইবা মপোক য়াম্না তাংনা দৈব অমদগী ফংবনি, তানগে হাইবা অর্থ পুমনমক তানবা য়াবা, অদুগা অনিত্যাদি ওইবা, অস্থুম ওইবা মপোক অসি ফংলবদা, জ্ঞান লেবশিংনা আত্মশ্রেয়ংগী দমক; তুংইমনা লৈরিবা মৃত্যুগী খুবাক্তা তাদ্রিঙৈদা য়াম্না খুনা যত্ন তৌগদবা ওই। মায়াগী বিষয়দি শা-তানচিংবা মপোক থিবক্তুস্থ ইরে মরে ইওই মওই। হাইবা অসি শ্রীভাগবতনা অমৃতগী ইচেলগুম্না য়াহৈনা ঘোষণা তৌবিরি। —

লব্ধ্বা সুদুর্লভমিদং বহুসম্ভবান্তে, মানুষ্যমর্থদমনিত্যমপীহ ধীরঃ।
তূর্ণং যতেত ন পতেদনুমৃত্যু যাবৎ, নিঃশ্রেয়সায় বিষয়ঃ খলু সর্ব্বতঃ স্যাৎ॥
(একাদশস্কন্ধে)

মী মহাক অদুনা শব্দব্রহ্ম বেদদা য়াম্না হৈ-শিংলবসু পরব্রহ্ম ভগবানগী ভক্তি, উপাসনাগী বিষয়দা হৈত্রবদি মানা হাক্লবগী মহৈ অবাবা ওইদুনা অদুমক তৌকই। মচা চাওরদুনা যণগোম খোক্লুবা অমদি মচা পোক্লুবী যণবাবু লোইরগা যবগোম কংদবগুমই। যদুক্তং :—

শব্দব্রহ্মণি নিষ্ণাতো ন নিষ্ণায়াৎ পরে যদি।

**শ্রমস্তস্য শ্রমফলো হ্যধেনুমিব রক্ষতঃ ॥**

(একাদশস্কন্ধে)

জীবগীদি, নামগা দেহগা স্বরূপকা যামদে খেন্নৈ। মশানা ওশা থবক অদো, মমিংনা অমসুং অশাবা মুত্তিনা ওযদে। ঈশ্বরগীদি নাম, বিগ্রহ, স্বরূপ অহুম্মক সমগুণ ওই ভেদ লৈতে। থাজনেংবা স্বরূপতা সেবা তৌবগা শ্রীমুর্ত্তি অমদা সেবা তৌজবগা অনি অদো ফলগত-ভেদ করিসু লৈতে। শ্রীকৃষ্ণগী সচ্চিদানন্দ মুর্ত্তি অদু থাজনেংনা দর্শন ফংলবসু ভক্তিবু লৈরবদি করি অমতসু কামদে। প্রকট লীলাগী মতমদা পাপী কয়াসু মহাকপু উথি, ভক্তি লৈতবনা করিসু কান্নবা ওইখিদে। অমসুং ইবুংঙো মাঙান্দা লংজরুবদগী নির্ব্বংশ ওইখিবসু য়াওই। অদুগা লীলাগী দমক মহাকী পার্ষদনা কারণুম্বা রাবণ অমদগী পতন ওইখিবা থরণ, বৈরভাবতা ঐকান্তিক ওইনা মহাকপু নিংথিবদগী মহাক্কী খুবাক্কা প্রাণান্ত ওইজহনা সদ্গতি ওইবসু য়াওই। ইতিহাস পুরাণদা মশিং নাইদনা প্রবন্ধ লৈবা, অয়াম্বনা উবিরিবনি তাবিরবনি। শ্রীকৃষ্ণগী নামগা, বিগ্রহগা, স্বরূপকা ভেদ লৈতবগী বাত্তা শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতদগী মথেকলানা তাবা ফংই। যথা:——

নাম বিগ্রহ স্বরূপ তিন একরূপ।
তিনে ভেদ নাহি তিন চিদানন্দরূপ ॥
দেহ-দেহী নাম-নামী কৃষ্ণে নাহি ভেদ।
জীবের ধর্ম্ম নাম-দেহ-স্বরূপ বিভেদ ॥

(চৈ০ ম০ ১৭ প০)

শ্রীভগবানগী স্বরূপকা শ্রীমুর্ত্তিগা অনিমক্তা ভেদ লৈতে, হাইবসিগী মরমদা সাধারণ কনাগুম্বনা শঙ্কা তৌবা য়াই। মহুদি—স্বরূপতি মা ওাংই চৎলি, মহাক্কী শ্রীচরণদা সেবা তৌজরিবা মনাইদসু মসি মরু হাইবা তাকপি। অদুগা শ্রীমুর্ত্তিদি অদুম্বা করি তৌবা লৈবগে? মসিদা সংক্ষেপ ওইনা বর্ণন তৌজগদবদি—মা ওাংবা হাইবদি লৈয়েংনা উচ্চারণ তৌরনা হাইবতবু থংনবা নত্তে। মীওইবনা পুক্নিংনা নিংইবা মরম অদু করিগুম্বা করণ অমনা কোংদোকপা অমসুং অমদা থংহনবা অদুদুসু মা ওাংবা হাইবা য়াই। অদু ওইরবদি শ্রীমুর্ত্তিবু মা ওাংদে করম্না হাইগদগে? তৌইগুম্বসুং মহাক্কী য়াথং অদু শংঙা তাবদি ফংদে, মাদুদি মহাক্কী চরণদা একাগ্রতা ওইরবা মতমদা তাবা ফংনৈ। অদুগা ইকোং কোংনা জপেংনা স্মপননচিংদা থংহনবিবসু ভক্ত-

শিংনা লোইনা হেন্না খংবিবনি। মরম অসি পাঠকশিংনা নিজ নিজগী বুদ্ধিনন্থু বিচার তৌবিগনি, অমসুং য়াম্না ওপথনা খনবিগনবা কুপথুবা রহস্য বিবর্ধনি। শ্রীধাম বৃন্দাবনগী সাতদেবালয়গী ইতিহাস, পুরীগী শ্রীজগন্নাথগী লীলা, সাক্ষীগোপালগী ক্ষীরচুরা গোপীনাথগী প্রবন্ধ, করি মরমদগী সাক্ষী কৌখিবা, করি মরমদগী ক্ষীরচুরা কৌখিগা, অসিনচিংবা খিজিনবিরগা অসিনি হাইবা, শ্রীমূর্তি হাইবসি মা ওাংই ওাংথে লেংই লেংদে, স্বরূপকুল শাস্ত্রে শাস্ত্রদে হাইবা অরেম্না খংবিগনি। মহাক্তি চিন্ময়নিন্না শুকচিংগী হস্তনি প্রাপানি। অমসুং মণিপুর লৈবাক অসিগী অধিষ্ঠাতৃদেব শ্রীগোবিন্দগী ইতিহাসস্থ অয়াম্বনা খংবিরিবনি। মহাক মা ওাংবরা, ওাংদবরা? মহাক্কী ইচ্ছা মনাইদা খংহনবরা খংহনদবরা? হুজিকমক মহাক্কী চরণদা ঐকান্তিক ভক্তি তৌজরিবা কনাগুম্বা মনাই অমদা করিগুম্বা ইজিত পিবিদবরা মুন্না য়েংবিয়ু। অাইজ সাধারণ দেবালয় পুম্নমক্তস্থ অচুমডাই, মনাই ভক্ত অমুনা পুকনিং হকচাং মহাক্কী চরণদা ঐকান্তিক ওইনা চংজরবদা পৌজানবিদবা অমসুং মহাক্কী ইচ্ছা খংহনবিদবা লৈতে। মরম অসিদা শাস্ত্রগী প্রমাণ অমদি:—

ত্বং ভক্তিযোগপরিভাবিতহৃৎসরোজে,
আস্সে শ্রুতেক্ষিতপথো ননু নাথ পুংসাম্।
যদ্ যদ্ ধিয়া ত উরুগায় বিভাবয়ন্তি,
তত্তদ্বপুঃ প্রণয়সে সদনুগ্রহায়॥
(শ্রীভা০ ৩৯ অ০)

পরমেষ্ঠী ব্রহ্মাণা প্রার্থনা তৌই,— হে ইবুঙো! ভক্তিযোগনা শেংলবা ননাই ভক্তশিংগী হৃৎপদ্মদা, শাস্ত্রগী বচনদগী অমসুং গুরুগী মুখদগী তাজবনা নহাক্কী লম্বী উনবা, অদুম ওইবা নহাক্না লৈবি। হে উরুগায়! অদুগুমবা ভক্তশিং অমুনা অদুম অদুমবা রূপ অদুবু নিংজবা, হাইবদি—থাজেংশংবা ইবুঙো নহাক্কি হাইনা নিংজবা, অদুম অদুমবা রূপ অদুদা ইবুংঙো নহাক্না ওাক্লোকপি। মরমদি ননাই ভক্তবু অনুগ্রহ তৌবিগে হাইবগী দমক।

হাইবগী ভাবতি, শ্রীবিগ্রহ হাইবসি মখল নিপাননি হাইনা শাস্ত্রনা খংহল্লি, মদুদি—

শৈলী দারুময়ী লৌহী লেপ্যা লেখ্যা চ সৈকতা।
মনোময়ী মণিময়ী শ্রীমূর্তিরষ্টধা স্মৃতা॥
(শ্রীহরিভক্তিবিলাসধৃতপাঠে)

অসুম্বা লৈরিবা শ্রীমূর্ত্তি মথল নিপান অসিগী মপুংনা, ভক্ত অহুনা ঈশ্বর অসো অসিমক্তি হাইনা শ্রীমূর্ত্তি মমদা শ্রদ্ধা তৌন নিংজবা, ভক্ত অহুগী শ্রদ্ধা ভক্তি য়েং-বিরগা শ্রীমূর্ত্তি অঙ্গ ওংহনবি। হাইবদি—বিগ্রহ অহুনা স্বরূপ অকুপক ওই হাইবা ভাবনি। মতো অসুম্বা শ্রীমূর্ত্তিনা স্বরূপ ওইদুনা লোংথোরকপা থাজনেংবা সিনি চুনি য়াথং ভাবনিবা, অমসুং স্বরূপ থাজনেংনো শামদুনা লৈরবনা বিগ্রহ ওইবিবগী ইতিহাস, অমুক ইরুদুনা লাইরিক চাওহনবগী কাম্রবা লৈতে। ভক্ত-শিংগী খুত্তা এমশিং অদু ওন্দুনা লৈরি। অদুনা অমুক ইরুবদা পুনরুক্তি তাগনি।

মথক্তা হাইখিবা বিগ্রহ পুম্নমক অসিনা থাজনেংমমক সাক্ষাৎ শ্রীভগবান ওইদুনা উরিবা সুং, উ, ধাতুনচিংবা অচম্বা পোং ওইরবদি, শ্রীমূর্ত্তি নত্তবা অতৈ পোং-শক্তা সুংনি, উনি হাইনা অউ খউবত্ত অদুমক থনবদা দোষ লৈতবগুম, সুংনি, উনি হাইনা খনবদা দোষ লৈরেংইদবনি। শ্রীবিগ্রহ হাইবদি শালগ্রাম অমসুং শ্রীমূর্ত্তি পুম্নমকপু সুংনচিংবনি হাইনা খনবা অপরাধনি, হাইব বচন পরম ভাগবত-শিংনা থোক্লেন য়াংনা ঘোষণা তৌদুনা জীবশিংবু সাবধান তৌবা উই। মতু বিচার তৌরগম্ব শ্রীবিগ্রহ পুম্নমক খাস সুংনচিংবা নত্তে, থাংজনেংবা সচ্চিদানন্দ শ্রী—হরিনি, হাইনা খংবদা থোইদোক্লা য়াফম লৈতে। মতুদি, পদ্যাবলী অমসুং পাণ্ডবগীতাদা,

> অর্চ্চ্যে বিষ্ণৌ শীলাধীগুরুষু নরমতির্বৈষ্ণবে জাতিবুদ্ধি—
> বিষ্ণোর্বা বৈষ্ণবানাং কলিমলমথনে পাদতীর্থেঽম্বুবুদ্ধিঃ।
> শ্রীবিষ্ণোর্নাম্নি মন্ত্রে সকলকলুষহে শব্দসামান্যবুদ্ধি—
> বিষ্ণৌ সর্ব্বেশ্বরেশে—তদিতরসমধীর্যস্য বা নারকী সঃ॥

হাইবদি,—পূজা তাকম ওইব শ্রীবিষ্ণুগী প্রতিমাদা সুংনি, উনি, ধাতুনি অসিনচিংবা অমসুং শালগ্রামদা সুংনি হাইনা খনবা, গুরুদা মীনি হাইনা খনবা, বৈষ্ণবতা জাতি য়েংবা শ্রীবিষ্ণুগী অমসুং বৈষ্ণবশিংগী চরণোদকতা সামান্য জলনি হাইনা খনবা, শ্রীবিষ্ণুগী নামদা অমসুং নামগী মশক ওইবা মন্ত্রদা সাধারণ শব্দনি হাইনা খনবা, অমসুং সর্ব্বেশ্বর ওইবা শ্রীবিষ্ণুদা অতৈ দেবতাশিংগা অমানি হাইনা খনবা,—মী মহাক অদু নরকী জীবনি।

অমাম্বা লক্ষণনা তিনবা ভক্তি তৌবা শ্রীমূর্ত্তিবু সেবানচিংবা তৌজবা, অমসুং নামাশ্রয় তৌজবা পুম্নমক, ইবুঙো মহাকী চরণতবু ফংনবগী লমকনি। মহাকী শ্রীচরণ ফংলবদি জীবগী সাফল্য ওইরে, মমদগী অমুক অমা তানগদবা অরাংপা লৈত্রে। প্রথম সোপানদা বর্ণন তৌখিবা ঐ সুংকাইবা অমাবা ফংদবা থাইবদো

সুখওাইবগী থাক থাক হাইগংলকপদ সুখওাইবগী ওমথৈ হাইবদো মসিদা অপমাব ওইরে। অদুনা থাক অসিগী আত্যন্তিকসুখ ফংলবা ভক্তনা য়েংথরকপদা সুখওাইরে হাইদুনা লৈরবা পুন্নমক অদো য়াম্না অরাব ওইনা উই। থাটিংরা থাবনদা মচুগী মঙান্দা লৈবা মীনা অমমা লৈত্রে ওয়ে হাইনা নিংই। অদুম্ন ওপ্নে হাইদুনা লৈরিবা অদু, থাটি লিশিং চামা থাবনগী মঙানগা য়েংনরুবদি, অমদা ওইনা উই; অদুগী পান্দমনি। প্রথম ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা হাইবা অদু, ভক্তিনা মরম ওইদুনা ফংই হায়বগী প্রমাণ, ভগবদ্গীতাদা শ্রীভাগবতদা হয়া হয়া উবনি।

পুরুষঃ সঃ পরঃ পার্থ ভক্ত্যা লভ্যস্ত্বনন্যয়া।
যস্যান্তঃস্থানি ভূতানি যেন সর্ব্বমিদং ততম্॥
(গীতা ৮ অ০)

ভক্ত্যাহমেকয়াগ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মা প্রিয়ঃ সতাম্।
ভক্তিঃ পুনাতি মন্নিষ্ঠা শ্বপাকানপি সম্ভবাৎ॥
(শ্রীভা০ ১১ ১৪ অ০)

ন সাধয়তি মাং যোগো ন সাঙ্খ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব।
ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা॥
(শ্রীভা০ ১১।১৪ অ০)

ভক্তিরেবৈনং নয়তি, ভক্তিরেবৈনং দর্শয়তি ভক্তিবশঃ পুরুষো ভক্তিরেব ভূয়সীতি, শ্রুতিঃ।

ইত্যাদি।

ভগবানগী বিষয় আলোচনা তৌবা অমসুং ভক্তিগ লোইননা মহাকপু নিংথন্না ভক্তিগী স্বরূপ থংননবগী উপায়নি। মরম অদুনা শাস্ত্রণা সচ্চিদানন্দ ওইবা ভগবানদা পুকনিং হাপনবগী উপদেশ পিবিনি। (মন্মনাভব মদ্‌যাজী ইত্যাদি গীতা) শ্রীভগবাননা তাকপিখ্রে, সচ্চিদানন্দ পুরুষ সর্ব্বব্যাপি ওইবা ঐহাকী স্বরূপতত্ত্বদি ভক্তিতনা থংবা ঙমই। ভগবানগী স্বরূপতত্ত্ব থংলবদি ভগবানবু থংবা হাইবদু ওই। ভগবানবু থংলবদি বিচার অমদা ভগবানবু উবা হাইবা য়াম্মে। ভগবানবু থংগে হাইরবদি ভঙাইফদনা ভক্তিমান ওইগদবা ওই। ভক্তিগী স্বরূপ, ভক্তিগী লক্ষণ অমসুং ভক্তগী কর্ম্ম, পুন্নমক অসিগী মরম, হন্দিদা পায়না অমসুং পাক্লিবা অদুগী

মতুং ইমা মহাক্কী চরণদা ভক্তিমান ওইবা ওয়রদি আত্যন্তিক সুখ-স্বরূপ-মহাক্কী পাদমূল কৎবা হাইবদো মশামা তাররনি। অদুদি ভক্তি হাইবদো করিগে, হাইবদু অহানবদা ঐখোইনা মুখা খংদবা যাদে। ভক্তি হাইবা পদ অসিগী পর্য্যায় অমমতুং হ.কণ যামনি, তৌইগুমমতুং ভগবানগী চরণদা "ঐকান্তিকী—আনুরক্তি থমথেংলা সুংশিবা পাম্বনা খাক্লৈশেংবা ভক্তিপদগী বাচ্যনি, হাইবসি উত্তমাভক্তিগী লক্ষণদা থংবা ওয়ই। যথা :——

অন্যাভিলাষিতাশূন্যং জ্ঞানকর্ম্মাদ্যনাবৃতং।
আনুকূল্যেন কৃষ্ণানুশীলনং ভক্তিরুত্তমা॥
(হরিভক্তিরসামৃতসিন্ধু)

শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা কর্ম্ম তৌগদবা ওই, কর্ম্ম অদো—'অন্যাভিলাষিতাশূন্য' হাইবদি অতৈ সর্ব্বপ্রকার অভিলাষ কামনা পুম্নমক লৈতবা ওইগনি; অমদি 'জ্ঞানকর্ম্মাদ্যনাবৃত' জ্ঞানকর্ম্মগী চিংবনা আচ্ছন্ন ওইদবা ওইগনি। অর্থাৎ ভগবানগী চরণদা সাধন তৌরিবী অদুগুম্বী ভক্তি অদো, জ্ঞানকর্ম্ম পুম্নমক্কা কুপশিনবা থুমহৎপা ওইদনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা লুপ্পা ওইনা সাধন তৌরিবা অদুনা উত্তমা ভক্তিনি।

মসিদা কনাগুম্বশিংনা বিধিনিষেধ পুম্নমক থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা ভাবতা অনুশীলন তৌবতনা উত্তমা ভক্তিনি, অদুম্বা শাস্ত্রার্থ লৌতনা বিধিনিষেধ পুমনমক লাম্বোকপসু যাওই। মাগী পামদে, বচন অসিদসু থাংলকউ হায়বা পদ যাওদে। "অনাবৃতম্" হায়বদি আবরণ তৌদবা হাইবত্তনি, অদুগা প্রাচীন টাকাকারগী মততসু অদুম্বা লৈবা উদে। যথা—দুর্গমসঙ্গমনীটীকায়াম্। অন্যাভিলাষিতাশূন্যমিতি, অত্রান্যেতি তদ্ভক্ত্যেকাভিলাষেণ যুক্তামিত্যর্থঃ। জ্ঞানমত্র নির্ভেদব্রহ্মানুসন্ধানং নতু ভজনীয়তানুসন্ধানমপি তস্যাবশ্যাপেক্ষনীয়ত্বাৎ। কর্ম্ম স্মৃত্যুক্তং নিত্যনৈমিত্তকাদি ন ভজনীয়—পরিচর্য্যাদি তস্য তদনুশীলনরূপত্বাৎ। আদি-শব্দেন বৈরাগ্যযোগসাংখ্যাভ্যাসাদয়ঃ। অত্র শ্রীকৃষ্ণানুশীলনং কৃষ্ণভক্তিরিতি বক্তব্যে ভগবচ্ছাস্ত্রেষু কেবলস্য চ ভক্তিশব্দস্য তত্রৈব বিশ্রান্তিরিত্যভিপ্রায়াত্তথোক্তং তথৈব হয়শীর্ষবাক্যমিতি।

সৎকর্ম্মদগী চিত্তশুদ্ধি ওই, শুদ্ধচিত্ত ওইরবদা জ্ঞান লাকই, জ্ঞানগী তুংদা ভক্তিনা তারবি। অদুনা মথং মথং চাওখৎলক্তুনা শ্রদ্ধা, সাধুসঙ্গ, ভজনক্রিয়া, অনর্থনিবৃত্তি নিষ্ঠা, রুচি, আসক্তি, ভাব, অদুগী তুংদা ভক্তিগী পরাকাষ্ঠা ওইবা প্রেম বিকাশ ওইবা অদুম্বা ক্রম অসি প্রসিদ্ধ ওইরবনি। থিনবা থুবদি ভক্তশিংগী ভাগ্যগী

মতুং ইনবনি, ক্রম অসি য়ৌরবদবদি লৈতে, মপানা তারবা স্বতঃসিদ্ধনি *। অদুগা অপুণবা ভক্তিগী পরাকাষ্ঠা উত্তমাবস্থা ওমখৈ অত য়ৌরংদা লক্ষণ অসিদু ওইদবা য়াবা পোৎ নত্তে। মসিদগী হেন্না নুবা পোৎ অমা লৈত্রবা মীওইবগী অথোইবা ধর্ম্মনি। ঐগী মীগী পুন্নমক য়াম্না মুন্না খংদবা য়াত্রবা মরমনি। ভক্তি অদুগী শারকইবা মঙান অদুগী মতুংইন্না লৈরিবা অনুভাবশিং অদু, মঙান অদু য়েংত্রবদা হেক ওইরবদু করম্না য়াগবা! ঐ করম্বা অবস্থাদা লৈরিবা, করম্বা আশ্রমদা লৈরিবা মদুগীনা করি লৈবা হাইবসি মাং তুং য়েংশ ওই য়েংদবা য়াদে। অহঙ্কারদু মরিক অমত্তা লৈবা য়াদে।

অদুগা থাক্লশেংনা সন্ন্যাসাশ্রম চংখ্রবা ভক্তগীদি মখল অমা ওইখ্রে। মদুদু সন্ন্যাসাশ্রমগী ধর্ম্ম, মসি য়াহ য়াদে, মাসিমখৈ চৎকনি, অসুম্না চাগনি, থকনি, মসি তঙাইফদনা তৌগনি; হাইবা লৈতবা নত্তে। অদুদগী পরমহংসগা অবস্থা য়োথ্রবদি সিদ্ধপুরুষ হাইবদু ওইখ্রে। মখোইদি জীবন্মুক্ত হাইবদু ওইরবনি, দেহ ইন্দ্রিয়গী ভাব করিমত্তা লৈত্রে। মখোইগা য়াথং ধর্ম্ম তাক্ত ওইখ্রে। স্নানদান ক্রিয়া কর্ম্ম-নাচিংবা মপানগী নিয়মনি মখোইদা লৈত্রে, মপানগী মিৎয়েংদা সাধারণনা শঙাওমফে মীত্তাংবা নাপংবা ওই জড় ওই মওং অমা ওইনা উই। নিন্দাস্তুতিনচিংবগী ভেদ-ভাব মখোইদা লৈত্তে, সম্পূর্ণ আত্মসাম্মুখ্য জড়বৈমুখ্য সিদ্ধনি।

'পরধর্ম্মো ভয়াবহঃ', হাইবা গীতাদা লৈরিবা, শ্রীকৃষ্ণগী বাক্য অসি সংসারগী জীব পুন্নমক্তা উদ্দেশ্য তৌদুনা হাইবনি। অদুনা মুক্তি ফংন্নবা ফাওবা মাগী মাগা ধর্ম্ম থাদোকদবা ওইদে। মরম অদুনা গার্হস্থ, ব্রহ্মচর্য্য বানপ্রস্থ সন্ন্যাস হাইব আশ্রমগী ধর্ম্ম বিধিনিষেধ শাস্ত্রনা নোংদম্মি। স্ত্রী ধর্ম্ম—অন্ত্যজ অন্তেবসায়ীগী ধর্ম্ম পুন্ন-মকসু শাস্ত্রনা খংহল্লি। সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণংব্রজ, হাইবা ভগবানগী শিক্ষা অনুগত ওইনা সন্ন্যাসাশ্রমদা চংখ্রবসু, সন্ন্যাসগী ধর্ম্ম হাইবা অমা লৈরিবনিনা,

* ক্রম অসি য়াওদনা বিরম করি লক্ষণ করি নমুক অপেক্ষা তৌদ্রবা লৈতবা শ্রীকৃষ্ণই মসমগী শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম থুদক্তা ওইনা, সংসারগী বন্ধন পুন্নমক লাম্হোক্লনা ইবুংঙো মতোম্না সর্ব্বসমর্পণ ওইবিবা ব্রজবধূশিংগী অতৈ সিদ্ধ ভক্তশিংগীসু উৎপত্তিগী ওইবা অদুগুবা মওং অদু হারবা সিদ্ধ ওইখ্রবনি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পারকপ্পনি। মাদু সাধারণ ঐ.সাইনা হেক ওইবিদু য়াবোই। ঐথোইদি মদু তৌনা লক্ষণ নিয়ম ক্রম পুন্নমক মদু থংহোক্লগা অজ্ঞান তৌদুনা সাধন তৌরগা ভক্ত বৎসল ওইবা মহাকা কৃপানা ওইরগনি।

তে নাধীতশ্রুতিগণা নোপাসিত মহত্তমাঃ।
অব্রতাত্তপ্ততপসো মৎসঙ্গান্মামুপাগতাঃ॥
(ভক্তিরসামৃতসিন্ধু)

আতৈ থাদোকদবা থাদোক্লবস্থু সন্ন্যাসগী অতক্সবা ধর্ম্ম কৈরিবত্থদি মুন্না য়েংশিনদবা য়াদে। অম্ভু নক্লবদি মার্গ অমস্থু থাদোকন্ত অমস্থু চংখোন্দ অকীবা ক.বা য়াই।

শাস্ত্রগী অর্থ লৌবা, হাইবসি য়াম্না লুখ্.বা অমনি, শব্দার্থতনা শাস্ত্রার্থ ওইনা লৌরবদি য়াম্না দোষ ওইবা য়াই। খুদমদি,—শ্রীগোপালসহস্রনাম পাঠ তৌজরগা অশ্বমেধ যজ্ঞ লিশিং অমা তৌবগী ফল ওই, হাইবা ফল শ্রুতি অসিদা নামগী গুণ হাইবসি অস্থুপ চাওবা ওইরে, হাইবদি অর্থ লৌদনা অশ্বমেধ যজ্ঞ হাইবসিদি কয়িত্ত কৈতবা পোৎ ওইরে, হাইনা অশ্বমেধবু নিন্দা তৌবা ওইনা অনুভব তৌরবদি, কয়া য়াথনা বিপরীত ওইরগদবা থনবীগে। নামগী গুণনা চাওমনখিবনা উপমা পিনিংঙাই কৈতনা গুণ চাওবা থরাইনা খংনবা প্রসিদ্ধ ওইবা করিগো, য়েংঙকদা মসি প্রসিদ্ধ ওইরবনি, মাস অমত্তা পিবস্থু নামগী গুণনা হেল্লি, লিশিং অগা পিরবদি সু ঙাইরে অসুম্না উপমা শ্রীসদাশিবনা পিবা ওইগনি। মসি সহস্রনামগী স্তুতিনি, অশ্বমেধগী নিন্দা নত্তে। অশ্বমেধগী মগাম্বদা অশ্বমেধযজ্ঞগী গুণ অস্থুপ চাওবা ওইরে খংগনি, মত্তদা পিরিবা উপমাশিং অদুবুস্থু অমুক নিন্দা ওইনা লৌবা য়াদে। গুণ হাইরিবনিনা গুণতা অনুভব তৌগনি।

অদুগা নিন্দাগী মরম হাইরকপদস্থু, নিন্দা অদুতা মথৌগনি; পোৎশিং অদুবু ইক্ৎ কত্রবনি হাইনা লোগদবা ওইদে। খুদমদি, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি য়াওরবদি মোক্ষপিনবা অমস্থুং অবিদ্যামকপু কোকহনবা ব্রহ্মজ্ঞানমকস্থু নিংশিদে, অদুদা মুংৎ চুম্না তৌরিঙৈদস্থু মহৈ ফংনবা মতমদস্থু অরাবগী মশকত ওইবা সকাম-কর্ম্ম, অফবনি সুঙাইবনি হাইবা নিষ্কাম কর্ম্মস্থু শ্রীকৃষ্ণদা সমর্পণ তৌরবদি কয়াম্না নিংথিগনি। অসুম্না দেবর্ষি নারদনা—কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসদা উপদেশ পি। যথ :—

নৈষ্কর্ম্যমপ্যচ্যুতভাববর্জিতং ন শোভতে জ্ঞানমলং নিরঞ্জনম্।
কুতঃ পুনঃ শশ্বদভদ্রমীশ্বরে ন চার্পিতং কর্ম্ম যদপ্যকারণম্॥
(শ্রীভা০ ১।৫।১২)

মসিদা, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি য়াওরবা অমস্থুং ইবুংঙো মতোম্দা সমর্পণ তৌরবদি থাজৈশেংবা অকৰা ওইদবোইরে অসুম্না, ভক্তি কৈতবা, সমর্পণ তৌদবা হাইবসি কত্তবোইরে হাইবা নিন্দা অসিত লৌরগা লোইরে। ব্রহ্মজ্ঞানবু কত্তবোইরে হাইনা থনবা য়াদে, বচন অসি ব্রহ্মজ্ঞানবুগী নিন্দা তৌবা নত্তে। ভক্তি কৈতবা শ্রীকৃষ্ণদা সমর্পণ তৌদবা হাইবা অভাব অদুদবু নিন্দা তৌবনি। ব্রহ্মজ্ঞানগী স্তুতিস্থু শাস্ত্রগা

ওয়খৈ লৈতনা বর্ণন তৌরি। ব্রহ্মজ্ঞান পল্লুবদি মহাক্কী গুণ লোকনা কংনবা প্রসিদ্ধ ওইরমিনা, অদু কাওবা অদু ওইরবদি অতৌদি—করি ওইরমি অস্থুবা অনুভব খুনা ওইনবগী দমক্তনি। উপমাবু অদুপকী মতিক প্রশস্তানুভব ওইবা মীগী মফমদা উপমেয় অদু অদুপকী মতিক হেন্না ওয়ানি।

জীব এখোইগী অরোম্বা মঙ্গল হাইবদু শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণ ফংলগা লোইরে। মহুগী মথাদা অরাংবা অমা মহুদগী হেনবা পদ অমা তানগদবা লৈত্রে, অদুনা মহাক্কী পাদমূলবু অপবর্গ কোই পরম পদ কৌই। দেবতাশিংসু অমৃতনচিংবা দেবভোগ চাদুনা অজর অমর ওইদুনা মহুদা ময়াই কাদুনা পদবী অদু ফংগে তানদে। পশুপক্ষীনাচিংবা ইতরজীবসু গাঁত জ্ঞান লেতবাননা মতিক ওইদ্রে। মীওইবা হাইবসিদ অরা পুংজাহ, প্রাণ অনাসু থংবা জ্ঞানসু লৈবা উপায়সু লৈবাননা পদবী অদু তানবা য়াম্না থুনোং চাবা ওইবনা মানুষ জন্ম দুর্লভনি হাইরিবনি। অদুগুম্বা শ্রীচরণ অদু ফংনবগী উপায়, কৃপাসিন্ধু ভুবনৈকবন্ধু ওইবা ইবুংঙো মহাক্না অর্জুনগী শ্রদ্ধা ভক্তিদা থাংবা ওয়দগী পরম রহস্য ওইবা তত্ত্ব-মথং মথং তাকপিখিবা অদুদগী, অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতগীতাসু গুরুপরম্পরানুগামী ওইনা পংনরি। অদুগুম্বা ভক্তি জ্ঞান বচন খিবিক্তগী থরদং সংগ্রহ তৌজগে।

১। পুরুষঃ স পরঃ পার্থ ভক্ত্যা লভ্যস্ত্বনন্যয়া।
যস্যান্তঃস্থানি ভূতানি যেন সর্ব্বমিদং ততম্॥
(গীতা ৮ অ০)

২। সততং কীর্ত্তয়ন্তো মাং যতন্তশ্চ দৃঢ়ব্রতাঃ।
নমস্যন্তশ্চ মাং ভক্ত্যা নিত্যযুক্তা উপাসতে॥
(গীতা ৯ অ০)

৩। সমোহহং সর্ব্বভূতেষু ন মে দ্বেষ্যোঽস্তি ন প্রিয়ঃ।
যে ভজন্তি তু মাং ভক্ত্যা ময়ি তে তেষু চাপ্যহম্॥
(গীতা ৯ অ০)

৪। ত্বমাদিদেবঃ পুরুষঃ পুরাণস্ত্বমস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্।
বেত্তাসি বেদ্যঞ্চ পরঞ্চ ধাম ত্বয়া ততং বিশ্বমনন্তরূপ॥
(গীতা ১১ অ০)

৫। ভক্ত্যামামভিজানাতি যাবান্ যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ।
ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্ ॥
(গীতা ১৮ অ০)

৬। মন্মনা ভব মদ্‌যাজী মদ্‌ভক্তো মাং নমস্কুরু।
মামেবৈষ্যসি যুক্ত্বৈবমাত্মানং মৎপরায়ণঃ ॥
(গীত ৯ অ০)

৭। ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মা প্রিয়ঃ সতাম।
ভক্তি পুনাতি মন্নিষ্ঠা শ্বপাকানপি সম্ভবাৎ ॥
(শ্রীভা০ একাদশে)

৮। তথাপিতে দেব পদাম্বুজদ্বয়—
প্রসাদলেশানুগৃহীত এব হি।
জানাতি তত্ত্বং ভগবন্মহিম্নো—
ন চান্য একোঽপি চিরং বিচিন্বন্ ॥
(শ্রীভা০ দশমস্কন্ধে)

**মথং মথং অনুবাদ ঃ**

১। পার্থ! জীব পুম্নমক তাংদা লৈবা অমসুং মহাক্রা অসিগুম্বা অখিলব্রহ্মাণ্ড অসিদা শিনথুংনা লৈবা অহুগুম্বা পরমপুরুষগী স্বরূপ ওইবা ঐ অসে, একান্তভক্তি-তনা ফংগদবা ওই।

২। ভক্তশিংগী ভজনপ্রকার ফংহল্লি। হে অর্জ্জুন! ভক্তিগা লোইননা কনা-গুম্বা ভক্তশিংনা মতম লৈবথিবিক্তা স্তোত্রমন্ত্রশিংবনা কীর্ত্তন তৌদুনা, কনাগুম্বশিংনা দৃঢ়ব্রত পুদুনা, নিত্যযোগ তৌদুনা ঐগী উপাসনা তৌদুনা লৈ। (ভক্ত্যা অমসুং নিত্যযুক্তা হাইবা অসি বচন খুদিংদা অন্বয় তৌগনি, অসুম্না শ্রীধরস্বামীনা টীকাদা ফংহল্লি, ভক্ত্যেতি নিত্যযুক্তা ইতি চ কীর্ত্তনাদিষ্বপি দ্রষ্টব্যম্)।

৩। স্বামী। ভক্তগী দমক্তা থোক পিনবা অহুগা ভক্তনত্তবগী দমক্তি পিদবা অদু ওইরবদি, ইবুংগো নত্তোন্দসু রাগদ্বেষশাচিংবনা থোকহনবু। বৈষম্যভাব—পক্ষপাত হাইবসু লৈরবরা, অহুম্বা শক্তা উত্তুনা লৈতে হাইবা ফংহল্লি—সমোহমিতি। জীব পুম্নমক্তা ঐদি মম ওই, অদুনা ঐগী প্রিয় দ্বেষ্য লৈতবনি, অদুমদি ওইরগা মীশিং

অদুনা ঐবু নিংবা অদুগুম্বা ভক্তশিং অদু ঐঙোন্দা লৈ, ঐদু মখোই অদুনা থৌ-জাল হৈবগী মশক ওইদুনা লৈ। ভাবতি সিনি,—মৈনা মাবু সেবা তৌজবা মীভাম অমখা অইংবনচিংবা কোকহন্নবদু পক্ষপাত লৈতবা অদুমক ওই। অমদি কল্পবৃক্ষ-গী মতৌগুম্ব। অদুগুম্বা ভক্তগী পক্ষপাতী ওইহনদু পক্ষপাত লৈতবমকনি। তোং-ইগুম্বমুং মসে, ভক্তিগী মহিমানি॥ ইতি

৪। অর্জ্জুননা স্তুতি তৌরে, হে অনন্তরূপ! ইবুংঙো নহাক্কি দেবশিংগীসু আদিনি, মরমদি নহাক্কি অনাদিপুরুষনি, মরম অসিনা বিশ্ব অসিগী পরমনিধান, হাইবদি—অথোইবা ভুংনফমনি। অমদি, খংবসু নহাক্কি খংগদবসু নহাক্কি, অমসুং পরংধাম—বিষ্ণুপদসু নহাক্কি। মরম অসিনা নহাক্না ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক শিনথুংনা লৈবি।

৫। হে অর্জ্জুন! ঐনা অদুম (সর্ব্বব্যাপি) অমসুং অদু (সচ্চিদানন্দ) ওইবা (অদুম ওইবা) ঐবু ভক্তিগী প্রভাবতনা মুম্না তশেংনা খংবা ঙমই। ঐবু খাঙে-শেংনা খংঙবা ৫ ছুং ভুংদা জ্ঞান অদুগী উপরম ওইরবদা ঐঙোন্দা প্রবেশ ওই স্বয়ং পরমানন্দস্বরূপ ওই।

৬। হে অর্জ্জুন! ঐঙোন্তদা পুক্নিং হাপ্লু, ঐতগী সেবা তৌ, ঐগী পূজাতদা মাই ওনশিল্লু; ঐবু খুরুম্মু। মতৌ অসুম্না ঐঙোন্দা পরায়ণ ওইদুনা পুক্নিংবু ঐঙোন্দা তিংহনলগা ঐতবু ফংগনি।

৭। শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা হাই,—সাধুশিংগী 'প্রিয় আত্ম' ওইবা ঐ অসে, ব্রাহ্মণ-তিনবা ভক্তিতনা ফংগদবা ওই। ঐঙোন্দা ওইবী ভক্তিনা চণ্ডালশিংবু জাতি দোষদগী শেংবি।

৮। ব্রহ্মানা স্তুতি তৌরে, ভগবন্! জ্ঞাননা মরম ওইদুনা মোক্ষ ফংইদি হাইববু, হে দেব! মী মহাক অদুনা মহাক্কী নখোং থম্বানগী অংশ অমত্তংগীসু খোজানগী মরিক অমত্তং ফংবগী অনুগ্রাহ ওইজরবা, মী মহাক অদুনা মহাক্কী মহিমাগী অরোম্বা খংবা ঙমই। অদু নত্তনা অতৈ অমা ওইরবসু অমা ওইরেবসু ওইনসু, কনা অমত্তা অসঘোধ থাদোকপা নত্তনা, মতম কুইনা বিচার তৌরবসু খংবগী পাঙ্গল লৈতে।

মীওইবগী জন্মসাকনা হাইবদু মহাক্কী শ্রীচরণ ফংবদা ওইরে, মহাক্কী চরণদি কদায়না সাধন তৌরগা ফংগনি, ভক্তি নত্তনা মহাক্কী চরণ ফংবা ঙমদে, অমসুং ভক্তিতনা মহাক্কী তত্ত্ব খাঙেশেংনা খংবা ঙমই। এদুদি, ভক্তি মশক কদায়দা হাইবা, ভক্তিগী লক্ষণ, অমসুং ক্রম, উচ্চ নীচ থথাব অবস্থাজেং পুম্নমক অদি

শাস্ত্রগী গুরুগী উপদেশশিংগী অমসুং ভগবাননগী কৃপাদগী থরদং প্রবেশমাত্র ওইনা নির্ণয় তৌজগনি। ভক্তগী ভাংবদা অয়াংগা লৈতনা পৈদুনা লৈরগনি, থরদং স্মরণ তৌজবনি। মতিক চাওরবা পণ্ডিতজন, ভক্ত বৈষ্ণব পুরুষশিং ভাংশিন্নদুনা, হায়না প্রার্থনা তৌজরি। আসগী তুংদা ভগবাননগী মায়দা আশ্রয় তৌবনা কলিজীবগী অথোইবা শ্রেয়ঃ ওইবগী মংমদা ফংজবা প্রমাণ যুক্তি বিচার অমসুং দৃষ্টান্ত থরদং উত্তরগা, গ্রন্থ অসি সম্পূর্ণ ওইজগে।

[illegible]না মরম ওইদুনা মীওইবগী অথোইবা শ্রেয়ঃ করি, কংঙমত্রবা নরজন্মগী [illegible] ওই হায়রিবসি এথোইনা থংজে। থংজবদি ভক্তিযোগ তৌবগা লোইরেদনা [illegible] হায়বা ওমদে, মরমদি ভক্তি-সাধন তৌবগী কৈ হায়বা থংবত্না ভক্তিতৌবা [illegible] হায়বাসি পুকনিংগী লোইনা, অদুনা পুক্নিংদা ভক্তি হায়বদু লেপবত্না [illegible] তৌরকই। মানা কৈ হায়দুনা হেক তৌদে, থংবা হায়বাসি মপল অনি গুহ। [illegible] অদু শিংন্নি থুমশি হায়বা তাংনা লবনা অমনি। অদুম্না জ্ঞান বিজ্ঞান হায়দুনা আনি থংনরি। অদুনা ভক্তি হায়বদু পুক্নিংদা পকনবগী মরমদা হান্না হানদনা শ্রদ্ধাগী আবশ্যক ওই। শ্রদ্ধা লৈরবদি ভক্তিগী মহান ফাওরকই, শ্রদ্ধানা যুক্ত ওইদুনা মদুগী মথক্তা ভক্তিশক্তি হোরকই, অদুগী সাধুসঙ্গ পাম্বকই মথংদা ভজনক্রিয়া অদুদগী, অনর্থ-নিবৃত্তি হায়বদু কারণবা মতৌ তোকপা, অদুদগী মথং মথং নিষ্ঠা, রুচি, আসক্তি, ভাব ওইরবগা তুংদা অহংশুদ্ধ নির্মলভাবের শ্রীকৃষ্ণপ্রেম অর্থাৎ প্রেমভক্তি উদয় ওই; অদুম্না ভক্তগ্রন্থনা থংনাবরি। অদুদা ফংমক হায়দুনসু পুক্নিং হাংবসিনা থিরং পাম্বা হায়বদু লৈতনা শ্রদ্ধা লৈয়ু হায়বসিদি করম্বা লৌনি লৈবা যাদে।

মরম অসিনা শ্রীহরিগী মতি—অপাবা পোক্লবগী লম্বী-উপায় সৎসঙ্গগী গুণ কয়া যাম্না চাওব্রা! মতৌদি :—

তুলয়াম লবেনাপি ন স্বর্গং নাপুনর্ভবম্।
ভগবৎসঙ্গিসঙ্গস্য মর্ত্ত্যানাং কিমুতাশিষঃ॥

(শ্রীভাগবত)

হায়বদি,—ভাগবতভক্তশিংগা তিনবগী মরিক অমতংগা স্বর্গ মোক্ষপা—তুলনা তৌবা ওমদে, মরিক অদু-মনা হেনগে। অদুনদি মীওইবগী করে হায়দুনা লৈরিবা রাজ্য-পদনচিংবা অদুনসি করি তৌগনি।

সতাং প্রসঙ্গান্মমবীর্য্যসংবিদো —
ভবন্তি হৃৎকর্ণরসায়নাঃ কথাঃ।
তজ্জোষণাদাশ্বপবর্গবর্ত্মনি—
শ্রদ্ধারতির্ভক্তিরনুক্রমিষ্যতি ॥

(শ্রীভাগবত)

ভগবান কপিলদেবনা দেবহুতিগী মফমদা হাইখি, হে মাত ! সাধু সমাগমদা থম্মোই অমসুং নাকোংগী সুখ পিনবা ঐগী বীর্য্যপ্রকাশক ওইবা কথা ওই। মাদু সেবন তৌজবতনা ঐগোন্দা অর্থাৎ অপবর্গবর্ত্ম স্বরূপ ওইবা হরিদা শ্রদ্ধা রতি অমসুং ভক্তি পোকই।

সৎসঙ্গদগী শ্রদ্ধা রতি ভক্তি ওই, হাইবগী অরেপ্পা ঐখোইনা উরে। মথং অসিদা ঐখোইনা অমুক খঞ্জিনবা তাই—সৎসঙ্গ হাইবদুবু কদাইদা ওইগদগে, কনানা সৎনো, কনানা অসৎনো, কনানা ভক্তনো, কনানা অভক্তনো ? কদাইদা লৈবা কদাইদা ফংবা ? হাইবসিগী মতাং য়েংনরে। হৌজিক অসিদি কলিনিনা সজ্জন হাইবদুদি তাংখৎবা মতম অমনি, সজ্জন ওইরমগদা নিদুনা আশ্রয় তৌরুবদা ওইরমদদুনা, সংসর্গজা দোষগুণা ভবন্তি হাইদুনা অসৎসঙ্গগী দোষ ওইদুনা হাম্না থর লৈজরম্বা জ্ঞান অদু মাংখিবনু য়াই। মীশক থংবা হাইবাসমসু ফল মরুব পোৎনি, থংবা ওমবা মীনা অদুক হাইফেৎ থংবা অদুসু মহা বিরলনি। অদুনা "ভয়স্থান সহস্রাণি মৃত্যুস্থান-শতানি চ। পদে পদে আবিশন্তি মূঢ়ে তু নৈব পণ্ডিতে" ॥ হাইবা নিতিবচন অসিনা তাকপগুম ঐখোইগী ভয় মৃত্যু হাইবাসি পোংথাং খোংথাং খুদংদা লৈরিবনি। হৈ-ত্রবদি হেক্তা মাংবা য়াবা কয়া থোকইবা অনিত্য জীবননি। * মতম অসিগী জীবনদি পুন্সিসু তেল্লি, দেহসু ফত্তে, বুদ্ধিসু রংলি, শ্রদ্ধাসু য়াংলি, সঙ্গসু অফবা তাংজি।

* নলীনীদলগত জলমতিতরলং তদ্বজ্জীবনমতিশয়চপলং।
বিদ্ধি ব্যাধিব্যালগ্রস্তং লোকং শোকহতঞ্চ সমস্তং ॥
তত্ত্বং চিন্তয় সততং চিত্তে পরিহর চিন্তাং নশ্বরবিত্তে।
ক্ষণমিহ সজ্জনসঙ্গতিরেকা ভবতি ভবার্ণবতরণে নৌকা ॥

(মোহমুদগরে শ্রীমৎশঙ্করাচার্য্যম্)

সৎকর্ম্ম তাংত্তি পাপকর্ম্ম হোংই, মসি থংদবা য়ামদ্রবোই। অসি পুরমকী থবক্তদ 'অন্নগতাপ্রাণঃ' হাইদুনা অন্ন হেক ফংদবদা—প্রাণ পুযা ঙমদে। ক্ষুধা তৃষ্ণা আপদ বিপদ কয়া অসিগী কোকথোক্ত পুদুনা লৈরিবা ঐখোই কলিজীবনি। অসিগুম্বা ঐখোইনা মসি সৎসঙ্গনি সাধুসমাগমনি থংগদবসি, ভগবানগী উপদেশ অসিনা মিৎ ওইদুনা য়েংলগা তশেংনা উই। মদুদি সাধু সমাগমদা হৃৎকর্ণ রসায়ন ওইবা কথা ওই। হাইবসিনা 'কলেন পরিচীয়তে' হাইদুনা মফম অদুদা অদুগুম্বা হৃৎকর্ণ গী রসায়ন ওইবা হরিগী বীর্য্য প্রকাশক ওইবা কথা ওইরিবা, অদুমক সৎসঙ্গনি সাধুসমাগমনি।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥
(শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতধৃতবৃহন্নারদীয়পুরাণ)

শ্রীকৃষ্ণগী প্রসিদ্ধ ওইবা নাম অমা পুক্লিংনা খিত্তং হেক্তা মুংশিজবা য়েংদুনা তত্তনা লৌজবা, অমদি কনা কনাগুম্বা ভক্তনা তুলসীনচিংবগী মালাদা জপ তৌবা কনানা সংখ্যা অদুগ য়াম্না জপ তৌবা ঙমল্লদবনা করমালাদা থরদং জপ তৌজবা অসিগী বিষয়দি নিজ নিজগী ইষ্টগুরুগী শিক্ষানা মূলনি। নিরপরাধ ওইনা তত্তনা নামাশ্রয় তৌবা নত্তনা কলিজীবগী মরোদা অদুগুম্বা অপবর্গ কৌবা চরণারবিন্দ অদু ফংনবগী উপায় অতোপ্পা অমা লৈতে। হাইবসি উৎপিরম্মিবা অসিনাচিংবনা থাংজৈশেংনা থংলে।

নামাশ্রয় য়াম্না তৌরবস্থ ভক্ত অদুগী থম্মোইদা ভক্ত্যঙ্গ সাধনাঙ্গ গ্রহন তৌনবগী চেষ্টাশীল ওইবা হৌনবা অদুগুম্বা নামগী গুণ এদু উম্রবদি, নামাপরাধ লৈরে হাইনা থংনৈ। থোইদোক্না থেংজনে হৈরবা শ্রীনামস্বরূপনা প্রসন্ন ওইত্রবদি কৃপাবিস্তার তৌবিগদবদা ঙমনবা ওই। প্রসন্ন ওইদনবা ওইবা মরমশিং নামাপরাধ হাইবা মথক্ত ঙম্না অদু মুম্না থংদোক্তনা মদু ঐখোইনা থাদোকব য়াদে, মদু থাদোকপা ঙমত্রবদি হেক্তা মমুক ইশা মাংবগী সম্ভাবনা লৈ। যথা :—

সর্ব্বাপরাধকৃদপি মুচ্যতে হরিসংশ্রয়ঃ।
হরেরপ্যপরাধান্ যঃ কুর্য্যাদ্দ্বিপদপাংশনঃ॥
নামাশ্রয়ঃ কদাচিৎ স্যাৎ তরত্যেব স নামতঃ।

## জাতোঽপি সর্বসুহৃদো হ্যপরাধাৎ পতত্যধঃ।

বচন অসিগী তাৎপর্য্যদি,—সেবাপরাধ হাইবদো সেবানা কোকপা যাদে, নামনা কোকই। নামদা অপরাধ ওইরবদি অধোগত ওই। মসিদা খনগদবা বিচার অমদি নামাশ্রয় হাইবদি লূরবা (শুদ্ধ) মতমদা ওইরকইবনি। অথোইবা ভক্তিনি, তুলসী পত্রগুম্বা গঙ্গাজলগুম্বা পবিত্রবস্তুনি। অহনা অরুবগা অরুবগা ভিন্নরগা অহগী মতিক অকবা ওই। মোৎলিতৈদদি কাবক মোৎপা মচু অমা তৈবদা চুবা ওইদে, মোৎপগী মোৎপা অঙ্কা ওইনা তৌহনা থংদে, তৌরবা লূরবা মতমদদি মরিক অম চোংবদমু চুই, শেংনা উই। অসিগুমবা মওং অমদি লৈগা যাই। ফত্তনবা তৌবদি লাই, ফননবা তানবা হাইবসি থর মরুই। হেলা স্যাৎ কার্য্য,নাশায় হাইবসিমা মতমখিবিক্তা কাওবা যাবা পোৎ নত্তে, নামাশ্রয় ফংজরবা লাইবসি মুক্তিগীদ্বার য়োঁরবনি। তানা তানা থংনা থংনা শোকপা ওন্নদত্তনা নাম্নোক্তুনা শিথিবনা হাপ্নুনা তোকপনা নম্মবনি। ফংগুমদবা অমূল্যধন থুত্তা পাইরবদি, নামাপরাধগী মশক ওইবা চসূনা চংবা গুৎদনবা যত্ন তৌবা তাই। মরল লৈবা মীনা গত্ত তৌনা লন হাবপগুম হাকতবা য়াদে। নামাপরাধগী মশক ওইবা চসূ তরা অহুদি করি করিনো হাইবরু, পদ্মপুরাণদগী মাতৃ ভাষানা উচ্চারি। যথাঃ—(১) সাধুনিন্দা। (২) শ্রীবিষ্ণুগী নামদগী শিবনামনচিংববু ইতোপতোম্না অমনি হাইনা খনবা। (৩) গুরুদেববু অবজ্ঞা তৌবা। (৪) বেদ অমসুং বেদানুগত ওইবা শাস্ত্রশিংবু নিন্দা তৌবা। (৫) হরিনাম মাহাত্ম্যবু মসি অর্থবাদনি অতিস্তুতিনি প্রশংসা পংদো তৌবনি খনবা। (৬) শেরান তুরান নামগী অর্থ কল্পনা তৌসনবা। (৭) নামগী পাঙ্গলনা পাপকর্ম্মদা প্রবৃত্তি ওইবা। (৮) অতৈ শুভক্রিয়া লৈরিবশিংগা নামগা মান্নবোইনা খনবা। (৯) শ্রদ্ধা লৈতবা মীদা নাম উপদেশ তৌবা। (১০) নামগী মাহাত্ম্য তারবমত্তদা প্রীতি ওইদবা। অহুদি হাইরিবা নামপরাধশিং অসি করিগুম্বা অমদগী থোকখ্রবদি অহুমক যাংগদরা; করি উপায় তৌরগা অপরাধ নিবৃত্তি ওইগদগে, হাইবদা সাধু গুরু শাস্ত্রনচিংবদা অপরাধ থোকপনা, অপরাধ ওইখিবা মকম অদুদা অহানবদা যাম্না নিংথিনা ক্ষমা প্রার্থনা তৌগদবা ওই। মহুনা কোকপা যাত্রবা কৃতকার্য্য ওইত্রবদি উপায় লৈত্রবা জীব অহুনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইননা হাইখিবা অপরাধ তরা অসি লৈহন্দনা ঐকান্তিক ওইনা নামাশ্রয় তৌজরগা কৃপাময় নামগী কৃপানা ওইখিবা নামপরাধ পুম্নমক অহু মাংহনৈ, অর্থাৎ নামপরাধদগী উদ্ধার কংই।

**জাতে নামাপরাধেঽপি প্রমাদে ন কথঞ্চন।**

সর্ব্বা সংকীর্ত্তয়ন্নাম তদেকশরণো ভবেৎ ॥ (পাদ্মে)

অসিগী তুংদা নামগী মহাত্ম্য খরদং উল্লেখ তৌজগে ;

ধ্যায়ন্ কৃতে যজন্ যজ্ঞৈস্ত্রেতায়াং দ্বাপরেঽর্চ্চয়ন্।
যদাপ্নোতি তদাপ্নোতি কলৌ সঙ্কীর্ত্ত্য কেশবম্॥
এতজ্জ্ঞাত্বা নিমগ্নাশ্চ জগদাত্মনি কেশবে।
সর্ব্বপাপপরিক্ষীণা যান্তি বিষ্ণোঃ পরং পদং ॥ (পাদ্মে)

সত্যযুগদা ধ্যান, ত্রেতাযুগদ, যজ্ঞানুষ্ঠান, দ্বাপরযুগদা অর্চ্চনা তৌজবনা মীওইবনা ফংবা অদুগুম্বা ফল অদু, কলিযুগদা শুপ্নগী কেশবগী নামোচ্চারণতনা ফংই। মসি খংলগা মী পুম্নমক বিশ্বাত্মা ওইবা কেশবদা পুক্নং লুপহনগনি। মতুংদা পাপ পুম্নমক কোক্তনা—শ্রীবিষ্ণুগী পরমপদ য়ৌগনি।

কলিং সভাজয়ন্ত্যার্য্যা গুণজ্ঞাঃ সারভাগিণঃ।
যত্র সঙ্কীর্ত্তনেনৈব সর্ব্বঃ স্বার্থোঽভিলভ্যতে॥
কলের্দ্দোষনিধেরাজন্নস্তি হ্যেকো মহান্ গুণঃ।
কীর্ত্তনাদেব কৃষ্ণস্য মুক্তসঙ্গঃ পরং ব্রজেৎ॥
কৃতে যদ্ধ্যায়তো বিষ্ণুং ত্রেতায়াং যজতো মখৈঃ।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরিকীর্ত্তনাৎ॥
(শ্রীভাগবত)

য়াম্না উৎলুবগী থোইনা প্রয়োজন লৈদে, অজামিলগী নিষ্কৃতি ওইখিবগী প্রবন্ধসু অমাম্বনা খংবিরিবনি, ষষ্ঠস্কন্ধদা শম্নোকনা বর্ণন তৌরি। ফনাওম্বনা মুন্না খংবিনিংলবসু শ্রীমদ্ভাগবতকী মতাং অদুদা য়েংবিরগা মুন্না খংবিগনি। প্রসঙ্গ অদুদগী শ্লোক খমত্তঃ উল্লেখ তৌজগে। যথা, :—

এতাবতালমঘনির্হরণায় পুংসাং
সঙ্কীর্ত্তনং ভগবতো গুণকর্ম্মনাম্নাম্।
বিক্রুশ্য পুত্রমঘবান্ যদজামিলোঽপি

নারায়ণেতি ম্রিয়মাণ ইয়ায় মুক্তিম্ ॥
( শ্রীভাগবতে ষষ্ঠস্কন্ধে তৃতীয়াধ্যায়স্থ চতুর্বিংশতিতমশ্লোকঃ )

হাইবদি,—মহাপাতকী ওইরবসু অদুগুম্বা অজামিলনা প্রাণান্তগী মতমদা নারায়ণ কৌবা মচাবু তমহুনা কৌরুবতনসু মুক্তি ফংখি, অদুদা শ্রীভগবানগী গুণকর্মানচিংবন-ত্তিন্নবা নাম খিবিক অদুবু শোক্লরবদা অমসুং কীর্ত্তন তৌরুরবদা মীওইবগী পাপ কোকনি, অথোইবা থুবম ফংগনি, হাইবা অসি য়াম্না হাইরুদনা করিমুক ওইখিগ-দগে ? অদুম ওইনমক অভ্যাসগী মওং ওইনা খরদংগা উল্লেখ তৌজখিগে। যথা—

রমন্তে যোগিনোঽনন্তে সত্যানন্দেচিদাত্মনি।
ইতি রামপদেনাসৌ পরংব্রহ্মাভিধীয়তে ॥ (পাদ্মে)

যোগিশিংনা সচ্চিদানন্দস্বরূপ ওইবা অপরিচ্ছিন্ন তত্ত্বদা নুংঙাইজে। অদুম ওইবা পরব্রহ্ম অদুমক রাম হাইবা শব্দ অসিনা অভিহিত ওই। অর্থাৎ রাম হাইবা নাম অসিনা থংনরিবা মাখী অদু পরব্রহ্মণি।

কৃষিভূর্বাচকঃ শব্দো ণশ্চ নির্বৃত্তিবাচকঃ।
তয়োরৈক্যং পরংব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে ॥ (মহাভারতে)

কৃষ-ধাতুনা সর্বাকর্ষণসত্তাবাচকনি, ণকারনা আনন্দবাচকনি, অনি অদুগী ঐক্য পরংব্রহ্মবু কৃষ্ণ হাইনা অভিহিত ওই, অর্থাৎ শ্রীকৃষ্ণ হাইবা নামস্বরূপ অসিমক পরব্রহ্মণি।

নামচিন্তামণিঃ কৃষ্ণশ্চৈতন্যরসবিগ্রহঃ।
পূর্ণশুদ্ধো নিত্যমুক্তোঽভিন্নত্বান্নামনামিনঃ ॥
(পদ্মাবলীদা ব্যাসদেবগী বাক্য)

রসনা সাঁপিনী বদনবিল জে ন জপহি হরিনাম।
তুলসী প্রেম ন রাম সো তাহি বিধাতা বাম ॥
রাম নাম কো অঙ্ক হৈ সব সাধন হৈ শূন।
অঙ্ক গএ কছু হাথ ন হি অঙ্ক রহে দশ গুণ ॥
দোহাবলীদা, সন্ত তুলসীদাসগী উপদেশ)

মী মহাক অদুনা হরিনাম লোম্বা মহাকী মরৈনা লিল মরৈনি, মচিনবা লৈথুননি, রামনামদা প্রেম লৈত্রবা মী অদুগী মকমদা বিধাতানা ওই ওইনৈ। রামনামনা অহুনি অতৈ সাধন পুম্নমক্তা শুন্যনি, অহু চংথবদি থুত্তো কয়িনু লৈহোক্রে, অহু লৈরবদি শুন্য অদুগা দশ গুণ ওই। হাইবদি "১০" অসিদা অমসি চংথবদি শুন্যতা তাইরবদি কয়িশু লৈক্রে, অমা অসি য়াওরগদি তম্না ওই।

অসিগী তুংদা অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমভক্তি অমসুং নামচিন্তামনিগী প্রচারক যুগাবতার জগদ্‌গুরু শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরহরিগী আবির্ভবপ্রসঙ্গ অমসুং বন্দনা, মতেক অমসুং বর্ণন তৌজরগা সাঙ্গ ওইজগে। শাস্ত্রগী বচননা থংনৈ, কল্প খুদিংদা হাইবদি চতুর্যুগ লিশিং অমমমগী মনুংদা শ্রীভগবাননা যুগধর্ম্মস্থাপনগী দমক যুগ খুদিংগী অবতীর্ণ ওইবি।

পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্।
ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে॥ (গীতা)

অদুগুম্বা যুগাবতারগী বিশেষ বর্ণ নামগী মরম শ্রীভাগবতনা থংহনবিরি।

আসন বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্য গৃহ্নতোহনুযুগং তনুঃ।
শুক্লো রক্তস্তথা পীত ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ॥
(দশমস্কন্ধে)

যুগ মরিগী মথং মথং শুক্ল, রক্ত, কৃষ্ণ অমসুং পীত বর্ণ মরি অসি প্রসিদ্ধ ওইরি। দ্বাপর যুগদা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অবতীর্ণ ওইবি, অদুগী তুংদা সুবর্ণ বর্ণ শ্রীগৌরাঙ্গদেবনা কলিযুগগী সময়দা অবতীর্ণ ওইবি।

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্।
যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ॥
(একাদশস্কন্ধে)

অর্থাৎ, ইবুঙো মহাকনা গৌরকান্তি ওইরবসু পরমভক্তশিংগী দৃষ্টিদা শ্যামকান্তি ওইনা উবিবা, শ্রীনিত্যানন্দ অদ্বৈতনা মহাকী অঙ্গ ওইবা, শ্রীবাসনচিংব ভক্তবৃন্দনা উপাঙ্গ ওইবা, শ্রীহরিনামনা মহাক্কী অস্ত্র ওইবা অমসুং পার্ষদ খিবিক্কা লোইনবা; ভগবান শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেববু স্থিরবুদ্ধি ওইবা সাধুশিংনা শ্রীনামসঙ্কীর্ত্তনগী মখক ওইবা যজ্ঞনা আরাধনা তৌই।

দ্বাপরযুগদা অবতীর্ণ ওইবিবা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা তৌবগী অপোইবা ধর্ম্ম "প্রেমভক্তি" হায়বা অদু জগৎ অসিদা প্রকট ওইহনবিরমমি। অদুম্বা লক্তরা থোক্লুমা থম্বিরমবা প্রেমধর্ম্ম অদু মথং গী যুগদা ইবুঙো মহাক্না, অমুক মহাভাব কান্তিনা মপাঙ্কা তান্দুনা তপ্তকাঞ্চনবরণ শ্রীগৌরাঙ্গদেব অহুম্বা কলিগী আরম্ভ সময়দা অবতীর্ণ ওইবিদুনা পূর্ব্বসঞ্চিত প্রেমধর্ম্ম অদু তাম্বোকপিরমমি। অপোইবা ধর্ম্ম "প্রেমভক্তিবু" অহুমনা মী পুমনমক ফংবা অসিগুম্বা থুদোংচাবা অসি, জগৎকী কুইথুবা মতমগী মনুংদা অমুমুক্তা থোকই। অতগুম্বা থোইদোক্লা ধন্য ওইরবা যুগ অদো বর্ত্তমান কলিযুগ অসিনি। ইবুঙো মহাক্কী লীলাদি মতম কুইনা প্রকট ওইরমদে, মতম থরদঃ উৎকদব উৎপিরমলগ লীলা থুপখি। তৌইগুমবঃ ইবুঙো মহাক্কি যুগধর্ম্ম পালকনি প্রেমদাতাশিরোমণিনি। মহাক্না মতম খিক্তগী মনুংদা উৎপিরম্মিবা পুমনমক্তো যুগ অসিমগী বীজ ওইনা থমবিরম্মবনি। মহাক্না থমবিরমবা বীজনি, কলি হায়বা যুগ অসিনা অদু ওইত্রিবা ফাওবদি তান্দুনা মরৈরগনি। হৌজিক্তি ইবুঙো মহাক্তি শ্রীবিগ্রহ ওইনা লৈরে, প্রকট ওইদে। অদুবু ইবুঙো মহাক্কী লীলাগী মনুংদা সঞ্চার তৌবিরম্বা প্রেমবীজ অদুদি অব্যর্থনি, মাংবা ওইরোইদবা বীজনি। বীজ অদুগী মগুণনা থিন্দনা পৃথীবীগী চিদাই অমদগী চিদাই অমা ফাওবা প্রেমধর্ম্মগী ইণক্লা সোইদনা থুমখিগনি। ইবুঙো মহাক্কুমনা থৌজালহৈবা কনা লৈরিবগে ? মসিদা পিবদি মতিক চাই, মসিদদি মতিক চাদে, মসিদি ঐগীনি মসিনা মীগীনি হায়বা স্বপরভাব, পিবা য়াবা বস্তুরা নত্তবরা, মতম করিনো অসিনাচিংবা করি অমত' থল্লুবা লৈত্তনা ; শ্রবণ, ঈক্ষণ, প্রণমন অমসুং ধ্যাননচিংবনা মতম কুইনা ভানবদা ফংবা ওমত্রবা অদুগুম্বা নিগূঢ়প্রেম—ভক্তিরসবু থুদক থুদকতা পিনবিদুনা বজ্রদগী হেন্না কল্লবা পাপীগী থম্মোই ফাওবা প্রেমনা ইথক হোৎন্দুনা লানঙএত্রবা জীববু লানবিবা ; ইবুংঙো মহাক্কী কৃপা পরাবাধগী মঙাল মরিক অমতং থম্মোইগী গহ্বরদা ফাওরবা জীব অহগী মাংকম কদাইদনো। মঙাল মরিক অদুমতংনা চিংবিদুনা হিনাওপাবনা চিংদুনা গন্তব্যস্থান ফংবগুম, অয়াম্বা যুগদা মথল অয়ামবা সাধননা মতম কয়া চংনা ভানবদা ফংবা ওমনত্রিবা অদুগুমবা বিষ্ণুপদ হরিচরণ ইমুং সুংঙাইনা মাযাশ্রয়ত্তনা ফংনরি। অদুগুম্বা মঙাল অদো ঐখোইগী গুরুনি, ঐ ঐগী শিক্ষা দীক্ষা গুরুগা মদুগা মপা অমত্তনি। অন্যোন্যাশ্রয় ওইনা এমৎতা ওইনা লৈরবনি। অদুনা অদুগুমবা মঙাল অদুগী মপু ওইরিবা ইবুঙো মহাকপু থক্তিং অবজ্ঞা তৌরবদা মাযাশ্রয় কল

তৌদুনসু নামনা প্রসন্ন ওইবা লৈত্রে। থোইদোক্নমক নামাপরাধশিংগী মরক্তা গুরু অবজ্ঞা হাইবা অদুগী ভমথৈ ওইবা, পরমগুরু অবজ্ঞা হাইবদু ওইদুনা, মদুগী অপরাধনা অধঃপতন ওইদুনা নিষ্কৃতি ওইফম লৈতে।

স্তুমস্তং চৈতন্যাকৃতিমতিবিমর্য্যাদপরমা—
ভুতৌদার্য্যং বর্য্যং ব্রজপতিকুমারং রসয়িতুং।
বিশুদ্ধস্বপ্রেমোন্মদমধুরপীযূষলহরীং
প্রদাতুং চান্যেভ্যঃ পরপদনবদ্বীপপ্রকটম্ ॥

(শ্রীচৈতন্যচন্দ্রামৃতম্)

শ্রীব্রজরাজনন্দন স্বয়ং ভগবাননা ইবুঙো মঃঙান্দা লৈবা বিশুদ্ধস্বপ্রেমগী মশক ওইবা মধুর ওইবা অমৃতগী ইচেনবু লোত ওইদুনা ইবুঙো মহাকমক্না ভক্ত ভাব ওইনা আস্বাদন তৌগে, অমসুং অতৈ জীবাশংদসু পিনদুনা আস্বাদন তৌহনগে, হাইবগী দমক উৎকৃষ্ট স্থান নবদ্বীপধামদা অবতীর্ণ ওইবিশি। মর্য্যাদাতিরিক্ত ওইনা থোইদোক্না শিনহৈবা থোক্লাগহৈবা, অবতারশিরোমণি—ঘণীভূত সচ্চিদানন্দময় গৌরাকৃতি অদুগুম্বা পরব্রহ্মবু এথোইনা স্তব তৌজে।

আনন্দলীলাময়বিগ্রহায় হেমাভদীব্যচ্ছবিসুন্দরায়।
তস্মৈ মহাপ্রেমরসপ্রদায় চৈতন্যচন্দ্রায় নমো নমস্তে ॥

শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু

ওঁ নমঃ।

